ফোওজবী

[illegible] প্রমোদিনী

৬ [illegible]কেথেল, থৌ[illegible]চোম লৈকাই

ইম্ফাল




অহানবা ফোওবা—১৯৯১

নম্ফম

আর বি প্রিন্টিং হাউস্

নাগামপাল, ইম্ফাল

মথুম য়েকপা

বালা ব্রহ্মা

মমল লুপা ১৫.

# ইক্রিসাটকি কুলী মুপী

মণিপুরী সাহিত্যদা লমকোয় ব্রারীগী মশিং প্পংয়াম য়ামদ্রি, থুং থেক্তুনা পাবা য়ারি। মরমদি লম চৎপগী মথক্তা চৎলুরিবা মফমশিং অদুবু কুপশিন্না য়েংবা মীৎয়েং অমা চঙ্খননিং্ম লমকোয় ব্রারীগী মহাউ তোপ-তোপ্পী, খঙ্ত্রিবা মফম অমগা শরুখঙনহনবনি, উরুদ্রিবা মফম অমবু উহনবনি। মসিগী মথক্তা অইবত্বগী পুক্লিং ব্রাখলগী মচু পারপনা চাইদুনা নিংথিবা মচু অমা লোক্লগা শেম্নকপা থুংশেমগী ফজবা। পাক-চাউরবা ভারতকী মফম অয়াম্বা শিন থুংনা চৎলুরবী প্রমোদিনীগী থুংইদম্ব লমকোয় ব্রারীগী শুম্ফৎনিংঙাই ওইবা মুর অমা তাবা ফংলি। সরকারগী কর্ম্মচারী ওইরিঙৈদা শিন্নরকপা শিন্থা কয়া পাংথোকুবা চৎখিবা খোঙচৎ কয়াদা অইবীগী থম্মোইদা হৃক্তুনা লৈহৌবা মমি কয়া নোহোননা ফোঙদোরকপনি 'ইক্রি-সাটকি কুলী মুপী'। ভারতকী খা-ব্রাং, নোংপোক-নোংচুপ, ময়াইলম ইশু শুরে। তোঙান-তোঙানবা মফমগী খেন্নবা মচুনি, মখল মথেলগী শক্তমনি। অইবীগী ব্রাহৈগী তুরীন্না মশক-মচু থোক্লা চোংথোকহল্লবা মফম কয়াগী লমকোয় ব্রারী পুথোরকপদা নত্তনা অইবীগী মুং হুনজিল্লবা থম্মোই মীৎয়েংগী

মশক অমা য়াওরি। অইবীগী লমকোয় য়ারীশিং ·অসিদা মরুওইবা শক্তম অনীখক উবা ফংই— (১) লৈরাম্লিবা মফমশিং অতুগা অইবীগী কল্পনাগা পুনশিন্নবা মশক (২) কুয়াংবান য়াওদ্রবা অশেংবা মশক। নিযামশিংগী হায়দ্রবাদকী খুৎহৈবা কয়াগী চংখোল্লবা কলাগী খুৎশেম মরক্তা অইবীগী থম্মোই মীৎয়েং চিংশিনখিবদি বিজ্ঞানগী অনৌবা অঙকপা খুজু খুৎলাই কয়ানা মহৈ মরোং চুমহল্লবা ইক্রিসাটকি লৌবুক্তা অথম্নবা পাম্বী খরগী মরুম থুপলিবী ফিজেং-ফিগায়তনা ফিজেৎনরবী ফিবম শোক্লবী কুলী মুপীশিংগী কাউওমদ্রবা শক্তম অসিনি ( ইক্রিসাটকি কুলী মুপী )। ভারতকী খা ইথং থংবদা মতিকময়াই শক্তি কয়াগা কোম্নবা ভক্তশিংগী থম্মোইদা ওাল্লিবী কন্যা কুমারী অইবীগী মীৎয়েংদা চুম্নগী লাইরেম্বীতা ওইবা নত্তে মীনা লাকচ-খুত্নম চনবা য়াদবী, স্লিংজেন খাবী, য়াশক চেৎপী অমগী মূর্ত্তি ওইনা উই ( লিংজেন খাবী কন্যা কুমারী )। ইনকনক্লা ইরাং থাংদবী, চীক্লা নিংথীবী চেরাপুঞ্জিগী খোঙচত্তা অইবীনা থেংনরুই 'খোম্থোক্তবী তুরেল' অকনবা ঈচেলগী ঈরাওখোলগা লোয়ননা য়া-য়া লাওনা চেল্লস্বদগী তুমিন্না লেপখিবী থেক্লা খোয়না হরাও তয়ান্না জগোয় শা-শাত্নুনা চেল্লস্বদগী মথংলেন্না হল্লক্রুবদা খোঞ্জেল পূম্বা ফাজিন্না তুমিন্না চংখিবী য়ারৌ চাউবী শানৌ অমগী শক্তমদা অইবীনা কল্পনা

তৌরি ( থম্মোইগী কোম্নুংনা চেয়া )। ওয়েংলোং চংলুইজা চীংলৈবাকী চীংলেম্নবা শক্তমগা পাংথক ওইবী চহীগী চৈথানা নম্নবী খুম্নাকপীদা মমা ওইবীগী থম্মোইগী মশক অমা অইবীনা পুথোকই (ইমা খুম্নাকপীগী নোংগাংহৈদো)। অইবীগী অতোপ্পা মীৎয়েং অমনা সহরগী অরাং-অরাক, অকে অমৌ মরক্তা মীওই-বশী মতৌ মান্দবা শা-ডা শুম্না হিংলিবা লাঙ্গরবগী লায়নানা নারবা মখোয়গীদমক্তা তেংথাবনি। মকে শেম্নবী বোম্বে সহরমক্তা মী মাপ্রবা জীবশিং অসিগী শিরুম-নারুম্বা শক্তম মুংডাই য়াইফগী মনম শন্দোক্লিবা সিমলাগী চীংদা নৈত-লাঙ্গরবগী চৈফুনা অঙ্গংব-দগী হেম্না কল্লবা চৈফু ওইহনা উনগা তেমশিংনরিবা কম্নাক কুম্ন কারবা অহল অমগী মায়থোং শক্তমশিং অসিনি অইবীগী থম্মোইদা চিক্লিবা। অইবী অসিনা অরোইবা ওইনা হংলি— পঞ্চপাণ্ডপকী ইন্দ্রপ্রস্থগা ভারতকী কোম্নুং দিল্লীগা ফজবা করম্ব-না হেলমগদগে ? — পূক্নীংগী ম্নাহংনি ( পাণ্ডপকী ইন্দ্রপ্রস্থ )।

লমকোয় ম্নারীগী অনৌবা মথেল অমা অপাবশিংদা পীরি। অইবীগী ম্নারীনা খুংশম্নহনা য়োহল্লি অসিগুম্বা মফম-শিংদা, উহল্লি কাউওমদবা শক্তমশিং।

ডাঃ নহাকপম অরুনা দেবী
মণিপুর ইয়ুনিভরসিটি।

# য়াওরিবা ৱারীগী মমিং অমসুং লামায়

# ইক্রিসাটকি কুলী মুপী

১৯৭৭ ইংগী আগস্টকী তাং ১৪ ইম্ফালগী তুলিহল এয়ারপোর্ট। যাত্রা তৌরবদি মিথাথশিংগী হায়দ্রাবাদ চংনবা। চেকপিনবা, থবক তৌবা ঐগী মরূপনা হায়দ্রাবাদ ফাওবগী টিকেট লৌখিরে। মাল বুক তৌখিরে হায়দ্রাবাদ ফাওবগী। চথদি য়াম্না কোমনা। চিংলনীংঙাই লৈতনা। পুং ৯ তাবদা প্লেন তোংখৎলি ইম্ফালদগী। পুং ১১½ তাবদা কলিকাতা য়োৎ। য়োৎবগা মিনিট ১০ মুক্তী মতুংদা কলিকাতা এয়ারপোর্টকি থাইকতা লাউথোরকই হায়দ্রাবাদ, মাদ্রাজ বাঙ্গালোরগী যাত্রিক সিক্যুরিটি এনক্লোজরদা চংবা য়াগনি। অরেঙ্গা অশেংবা থওনীংঙ্খা কাউন্টরদা চংলুই। অদুগা অদা ঐগী হায়দ্রাবাদকী মাল হাঁয়চনা মালগী স্লিপ উৎলুই। কাউন্টরদগী খুরকই —"জোন্ট য়োরী, লকগেজ অমুরেডী বুকদ" হয়াঙনা হংজোরকই ঐ। সিক্যুরিটি এনক্লোজরদা চংলে। মুমিং মুংবা মতমদা কাথংলি হায়দ্রাবাদকী প্লেন। মুংথিল পুং ২ তাবদা থুংলে হায়দ্রাবাদ। মিথাথশিংগী হায়দ্রাবাদ। থায়না মমাঙৈদা অতোং ওইরিঙৈদা ইতিহাসতা থেংনখিবা, ক্লাসতা চিনকা পুখিবা মিথাথশিংনা পাম্লবা হায়দ্রাবাদ। মিথাথশিংগী কোঙ্গুং

হায়দ্রাবাদ। চিন্দা পক্লি কাউবা লৈত্রি হৌজিকস্তু নিয়ামশিংগী হায়দ্রাবাদ

থুংলে। থামখায় অমা চুপ্পা লৈগদৌরিবা হোস্টেলদা নেসেনেল ইনস্টিটিউট ওফ ন্যাত্রিশন শম্মা এন-আই-এন। ঐগী মরুপ রাজুগী, এ-এন-পি কোওর্ডিনেটর অতৈদি য়োরক্লমজি। হোস্টেলহুদা ছাত্র পাথং অমা লৈরমী। ঐমা হংগে হায়দ্রুন য়া কাখৎলুই "ইবুংঙো! নুঙবু চুরাচান্দপুরদগীরা টেংনৌপালদগীরা?" ঙ্গি থোক্না হংবমক্তি হংখিদে। খঙ্গুবতনি। কোয়া খঙলকই পাথং অচাদো ইন্দোনেসিয়াদগীনি। ইন্দোনেসিয়াগী প্যাথংনি। এম, এ, সি (এ-এন.পি.) তমজিরনি। ইন্টরনেসনেল হোস্টেল অদো সাউথ ইস্ট এসিয়াগী লমদমক্তা, জিংবা হোস্টেলনি। অতুগা এন-আই এনস্নুনি।

মথংগী মুমিংতা ঐগী মরাপ পুম্নমক থুংলরে। অং ১৬ অনী ক্লাস হৌরে। নিউট্রিসনগী মিয়ুজিয়মদা চণ্ডলুই। লৈরন্মই শরু পোল্লাং অমা লেপ্পুন্না। থেংলম্মী অনম্বা অয়েকপা লাই কয়া। চাবা রাংপদগী পোক্লকপা মখল কয়াগী লাঈরা পক্লবা মীওইশিংগী কিনগাই ওইরবা শক্তম ওাক্তা। হেনজিন্না চাবদগী মহাওগী শক্লক হেন্না চাবগী কামখংলবা পুকলোইরবা কয়াগী শক্লকমস্তু য়াওই মরতুদা। খুদংগী চাকথুং ফিথুংদকা মীওইগী শক্লম্না অয়াপনি। লাঈরবা, অনংবা চিঙ্গাক লৈননবা

মমদি থোকহল্লে শক অমদি উপায় লৈজদবা, থুদোংচাবা কংদ্রা মীওইশিংগী মসক "কনজুম মোর ভেজিটেবল, মোর-লেস গ্রিন লিফি ভেজিটেবলস" মসিমতনি ঐগী মিৎনা উরুনজ লৈরিবা, নীংশিংহুনতা লৈরিবা। ঐনা খনখি ঐখোয়গী মনিপুরগী খুংগী মীনা মশা ফরিবসি হন্নাম য়াম্না চাবা, মনা মশীং অশং অমান, মরাঙ কায়না চাবা। কোরী মপাল শাংপী লৈগী শক্তি য়োম্নবা, মনা মথোক অশংবনা থারিবা মীওইশিংগী। কোবী থমজেংকী মথোক্তা পাল্লিবা অশংবা মনানা থমজেংকী শক্তিগী চিঙ্গাককী মগুন লৈবা হেল্লি! খওনা চাবা নত্তে খওদনা চারনি! লৈতবদগী লাঙ্গৈরবদগী চাজবনি। মহুনা খওদনা হকচাং ফহুনবনি। থল্লি ঈশ্বরনা শীনবা পুন্নমক অফবা ওাক্তা ওইরে।

অহানবা নোংমা নিনিদি ঐখোয়গী ট্রেইনীং অদো লেকচর ওাক্তানা নম্না পীরম্মী। মমৈথংদদি ফিল্ড ভিজিটনা অয়াম্বা ওইরক্লে। ওসমানিয়া হোসপিতালগী পেড্রিয়াত্রিক সেণ্টর, নিলোফুর হোসপিতাল ফোর উইম্যান এণ্ড চিলড্রেন অসিনচিংবা য়েংবা নৈনবা চৎপনা ফিল্ড ভিজিট অহোবনি।

অঙক অঙকপা মওংগী অঙাং, অঙাং মশম হোদবা পোকপদগী মশম হোৌরক্তবা, হোরম্বদগী লোইনা কেনখিবা, শমজাবানা ছারবদি নরবা, চুপচাক অপ্পমক্তোনা মশম চরা চরা

ভাংলি ভাংলি অমমম অনী অনীভা হৌবা, মখিং অদৌ ভৌদৌং পকপদৌনা ভৌবা, মিংকী অভৌবা শরুক, অমুবা শরুক মকম খঙদবা, মিং উরম্বদগী উরক্তবা, উরমদবদগী চিঙ্গাক্লা লাইয়েংহনা উরকপা, মশা লেঙবা খোংপা ভমদবা অঙাং, ফমুংদা অহুম ভাহুনতা লৈরবা অসিনচিংবা। মখল কয়াগী শকওংগী অঙাং। করিদগী করম্না অম্বুক শাথিবা শকওং শক্তম।

থবক কা হেন্না শুবা নোম্বা, চাবদি রাংপা, শেম্মোক রাংপনা মরম ওইহনা চিঙ্গাক লৈহনা চাবা ভমদবা। অঙাং নাওরোল খুমন্দুনা মমাদা ঈ রাংলকপা। মহুগী ফলনা অমদি মশা ফত্রবা ঈ রাংলবা মমানা পোকলকপা অঙাং শোইনাইরকপা মশানা ভাজরবা রাফম্নি। শোইনাইরবা অঙাং ময়ামছু উরুরগা য়েংবা লাকলিবা ময়ামদো রাগী মচেং অমতা ভাঙনদে। নাম্মা শোয়রবা মওং চাত্রবা অঙাংশিংহুনা হৌজিক ফাওবা করম্না হীংলিবা? করিগীদমক ঈশ্বরনা মখোয়শিংহুবু শেম্মীরমলিবা? রাহং কয়া য়েংবা লাকলিবশিংহুগী রাখলনা পূক্লীংদা হংখি। অঙাংশিং অহুবু লাঈয়েংলগা করকখিগদরা? অকবা চিঙ্গাক পীজরগা মশাহু করকখিগদরা? অকবা চিঙ্গাক পীজরগা মশাহু কল্লকখিগদরা করকখিগদরা? ভাইবংমী অমা হায়বহু ওইরকখিগদরা চিংনদবা ভাখিদে।

মথংদা চংলি চাবা ব্লাংলবা, ব্লাংনা চাবদগী দরকার ওইবা ওইদবা থিদনা অফং অফংবা চাশিনবদগী তমথীরব। মথল কয়াগী লাঙ্গৈনাগী শাদোং ওইতুনা লৈরবা মীওই লাল্লুপ চাদ্রবা অনাবা কয়ানা লৈরিবা কা। থোঙজিন হেক কানশিনবদা থেংনৈ সাইন বোর্ড "PROTIEN CALORIE MAL-NUTRITION" অয়াম্বনা মথয়াৎ অনীমক থীনা চাকংলি চাক নীংথিনা শায়বা য়ারম্লোই। ইনশাং চাবা য়ারম্লোই মরু ওইনা ইরোনবগুম্বদি চাবা শুপয়া য়ারম্লোই মখোয়শিংতুবু ডাক্তরনা মরৈ তিংথোকহল্লি। শাথীনা চাফংলি ভাংশং ভাঙনা। মাল্লি শা-ভা অশেম্বা উবদা অকিবা পোকই।

চাবা ব্লাংপদগী পোক্লকপা লাঙ্গৈনা। লাঙ্গৈনা ময়াম অতুদগী কম্নবা থৌরাং। স্পেসিয়েল নিউট্রিসন প্রোগ্রাম শম্না এস-এন-পিগী থৌরাং থৌরমদা শীজিন্নবা চিঙ্গাক পুথোকলিবা। মফম। কেয়ার (CARE) অমদি ইউনিসেফ (UNICEF) কি তেংবাংগা লোয়ননা চালাইরিবা প্রোজেক্ট মোর্দন বেকারী, ইনটিগ্রেতেদ মিল্ক প্রোজেক্ট, ফুড প্রোসেস্ প্রোজেক্ট অসিনচিংবা মথং মথং য়েংলুই। প্রোজেক্টশিং অতুদা পুথোকলিবা চিঙ্গাক ময়ামতু উরুরগা থনখি মীওইবগী চিঙ্গাক ব্লাংনীংভাই লৈতেনা অমুম্না। চাউর চাউরবা প্রোজেক্টশিং অতুগী থোঙ্গাল হেক লানশিনবদা বিস্কুইট, কেক্নচিংবগী মুংশি মুশিরবা মনম

কাওরকই। তিন চুম্বকই। ঐখোয়গী ইরকা খাইদগী অহল ওইরবা মি: চট্টারজী, পেনসন কংগদবা পংবুই চুটারয়োই। য়ায়রবদা চহী অমা অনীতা মওায়রয়গনি। চাকুগী কৌরকদগী লাকুবা য়াদতুনা ট্রেইনীং অতু য়াওবা লাকপা ওইরমগনি। অহলনি হায়তুনা ঐখোয় খাইনা মাবু গুরুজী হায়না কৌই। মহাক্কা অচাপ্পোৎকি হুংশিবা মনমশিংতু হেক কংবাদা ময়ামদা হায়রকই—"ঐদি চাক য়াম লায়রেবো। কনি করিনো খরা লৈ চাখিসিবা।" অমা অনী চঙতুনা হুংলুই লৈগে হায়তুনা। খুমলকখি—"মফমসিদা চাবা, লৈবা, য়োনবা য়াদে। চংনদে। অচাপ্পোৎ ময়ানসি ফিড়িং সেন্টারদা থাখিগদবা ভাকনি।" ঐখোয়গী ইমাওমতুদা অচৌ-অচৌবা ত্রক মখোঙ তরুক পানবী হৱাগাড়ীদা পুখিবা ঐখোয়না উই।

গুরুজীনা হায়খি—'ঐদি নখোয় ময়াম চানবা লৈবিগে হায় তৌবনি। য়াত্রবনিনা তোক্রেদনা।"

মথংদা চংলি কোল্হাপুর খুলং। মফমতুদা, ভারতকী খুঙংদা শীজিন্নরিবা পুখম তেঙ্গোৎনা হায়বদি পাম্নশিং অমতু শীজিন্নতুনা করম্না ডায়েটারী সর্ভে তৌগনি হায়বতু ওজাশিংনা তাকপী ঐখোয়দা। হায়দ্রাবাদ সহরদা লৈরিঙৈদা খল্লি নিজামশিংগী লৈবাক হায়দ্রাবাদ মুংঙাই চাউখৎলি। খুলং য়োৗরবা মতমদদি কম্নাদা থীনা খেম্নরমখ্রবা। লৈপাক্না লৈরং

তাৎচনগা, কোনা মথানা মথক কুপ্পা মুখ। টাইপলা মুখা মুখ। ফোক্লা মখোও হৌরগা টাটলনা মুঙ্গাদি মুখ অমা অনীথকনি'বরক্তা থেংলিবা। খেমগ্রেনকো তায়কক্য মুলংগ্য মহৌরগী লয়দমগা। চংদুনা ট্রেইমীং অসো অয়া মুংভাই অনীগী থরক্তা লৈরমনি তমলুবনি থাক্তলকপনি টাকপনি।

মথংদা তেলাঙ্গমাগী মাটকেশার হায়বা খুঙ্গং অমদা চংলি। মফমতুদা লমদম অতুগী শানমিবা য়ুমশা মওংদা শাবা মুম অমদা লৈরগী ডাঃ সত্যনরায়ন। মহাক ঐখোয়গী এল-আই-এনগী"ওজা অমনি। মহাক্না মহা পাখং অকুম লমিগা লোয়নতুনা খুঙ্গংতুদা লৈত্তুনা মিউটি্রসনগী থরমদা রিস'চ তৌরিবনি। মশা মউ কৈ চাউ শাক্তে নীশা থোকই। মহাক্না মুম অকুপা লৈরমগনি হায়বসি থাজনদে। অমুক হায় মহাক্না মাগী থবক চংথরিবতু চহি ২/৩ গুরে মকম অতুদা। মফমতুদা মহাক্না পাংথোকলিবা থবকশিং অদো নৌমা এম বি-বি-এস পাস তৌরকপা ডাঃ মচা অমদা পাংথোকপ্ত লৈরু হায়না য়ারোই।. ডাঃ অতুগী উৎসাহ ময়াম্না থাগৎলৈ। ঐখোয়মু থাগৎলি।

মখং মুশিং অমদনা চংলি ইন্দো ডাচ প্রেজেক্ট ফোর চাইল্ড রোয়েলফেয়ার। ডাইরেক্টর অতুনা ব্লেক বোর্ড অমদা ইন্নমা অকই ভিজুয়েল এইদ কয়া শীজিন্নদে। করম্না

আই-ডি-পি-সি ' দবলিউ করম্না হৌবকপা। নেদরলেণ্ডগী মহারানীগী উৎসাহ অমদি মহারানীনা থরায় য়াওবিবদগী প্রোজেক্ত অদো পাওথোকপা হৌখিবনি। অঙাংগী য়াইফনবগী-গীদমক্তা অপুনবা থৌরম অসে ভারত সরকার, অন্ধ্র প্রদেশ সরকার অমসুং নেদরলেণ্ড ফাওন্দেশনগা য়ানবগী মতুং ইন্না প্রোজেক্ত অসি হৌখিবনি। প্রোজেক্ত অসিগী মথাদা মলটি-র্পপস হেল্ট স্কিম, মহিলা মণ্ডলগী মেম্বরশিংনা শিন অমা ওইনা পায়রগা অঙাংগী অচাপোৎ শেম্বা, চাবোকপী অমসুং অঙাংয়োকপগী শিন্দম, ইমুংগী য়াইফ থৌরাং, বাল্‌ৱাড়ী, মমা অমসুং ওজাগী শিন্দম, নিউটি্‌শনগী থৌরম কয়া চৎথরিবা পূম্নমক মথং মথং ওইনা য়েংহল্লি।

হল্লকপদা হায়দ্রাবাদ শকতাকপদা য়াওরিবা চারমিনার অনদি গোলকোন্দা লানবন নৈবা মায়কৈরোমদা লাকই। মতম অমদা মনিপূরদগী অহানবা লমথোকপদা দিল্লীদা সাউথ্‌ এভেনিউদা উখিবা চারমিনার য়েকপা চুরুটকী উপু কয়া উখি। এম-পিশিংনা পামজনা থকপা। মতম অতূদনা চুরুট উপুগী চেদা, উপু মমায়দা অয়েকপা ওইনা উখিবা চারমিনাররনি। সুমিৎতুদদি উরে অশেংবা চারমিনার। চাউররা ব্রাংলবা চারমিনার।

হায়দ্রাবাদকি কালাকার থাগৎতবা ঙমদে। ইং কুমজা

কয়াগী মমাওদা শাখিবা য়ুম্বীনি। চাউরবা ব্রাংলবা য়ুম্বী মরী। লেওদনা লৈরি হৌজিকস্মু ফজবা কালাকারশিংগী হৈশিংবা। অকোইবদা লাই লাইশঙ কয়া হিন্দুগীস্মু মুস-লিমগীস্মু।

ঐগী মরূপ নুপীমখৈদি গাড়ীদগী ওম্না চোংথখরে। সাড়ী, খুজি চারমিনারগী খুজি লৈবা। গুরুজিগা ঐখোয় অমা অনীদি চারমিনার য়ুম্বী লৈরিবা অদুগী মনাক্তা চাউখ্রবা মসজিদ অমা লৈ। মদু য়েংলুসি হায়দুনা চৎলে। য়েংলে কোয়না চৎতুনা। মাইক পান্দুনা লাই শোল্লি কাওবু অমনা। মনাক্তা পাকখ্রবা নুংপাক অমা লৈ। খুৎশেমগী নুংপাকনি। মচু ফজে মুনা লংনা। ঐখোয়বু লমজিংলিবা অদুনা গুরুজিদা হায় - নুংপাক অসিগী মথক্তা ফম্লম্লবা মী অদো মহাক শোয়দনা হায়দ্রাবাদ ৬া অমুক হল্লক্কুনা লাক্কনি। গুরুজীনা মদু তাবদা ঐখোয় মংাস্মু কৌশিন্দুনা ফমহল্লি।

মথংদা চৎলি গোলকোন্দা লানবন। অব্রাংবা চীংদোং অমগী মথক্তা। চাউই পাকহ য়েংবদা মিংফন হোংব য়াদ মখৈ ফজে। করম্না কনা কনাগী পাঙ্গলনা চাউর চাউরবা নুংপাক ময়াম্না য়ুম্বী য়ুংদুনা অপাকপা নুংপাক থাঙ্গৎতুন চ্যোক চনবগুম চন্দুনা লানবন অদু শাখিবা। ইতিহাসকী ব্রারী কয়া হন্না হন্না নীংশিংহল্লি ঐখোয়না চিনফা পুখিবদো

অতেনবা ব্রাহংগী পাউথুম পীননবা খুম্নবা গোলকোন্দা লানবনগী। বিজ্ঞানগী চাউখৎ ঙমখৈ য়োর কানসিদস্থু কনানস্থু থুগাইবা মাঙহনবা ঙমলোই লানবন্দো। পোঙজাও মাপল, থোঙনাও য়া খৈন্থুমদোই, শুরুং নিফুনিপাল লৈবা লানবম্মি। যাত্রিক লাকপদা থোঙজাও তরেৎতি হাংঙি অনী অমদি হাংদে। পৃথী ফাওনা মমিং চৎলবা কোহিনুর মুক্তা গোল-কোন্দা লানবন শেম্বদা ফংখিবনি হায়।

মথংদা য়েংহল্লি সার্লাজঙ্গ মিউজিয়ম। য়েংবা য়াবা মিউজিয়মনি। লোয়না শুনা য়েংবা তারবদি থুমিং নিনি নত্রগা থুমনি চংবা য়াই। অহুমশুবা সার্লাজঙ্গনা পানবা মতমদা শেম্নম্বনি। ইং ১৯৬৮ দা হাংখিবা মিউজিম্মি। মখল মখাগী কালা খুদেংল কয়া তোঙান তোঙান কা খুদিংগী পৈরি থেল্লি অরাকপগী মিংফম চিংশিল্লি। কালাদদি হায়-দ্রাবাদ চাউখৎলি হায়দবা ঙমদে।

তাং ১৯।৮।৭৭ ইংগী পুং অনী তাবদা থুমিং য়ুংবা মতুংদা থোঙশাল্লি ইক্রিসাটকিদমক। শিন্দম লৌবা লাক্লিবা অমদি ওজাশিংগা পুন্না মিনি বস অনীদা চৎলি। ইক্রিসাট হায়বদি (International crops research Institute of the semi Arid Tropics) হায়বনি।

হেক য়োবগা শঙজাও অচৌবা অমনবা অমগী মাঙ্গোলদা

ঐখোয় ময়াম লেপ্পী। ঐখোয়গী ইনাক্তা চঙশিন্নকই মুণ্ডক মুবা, মকোক্তো মত্রং মত্রং মশম কুরু কাবা, মনাতোন কা হেন্না লাউবা, চাউ-শাংবা, মীওই মতৌ মশা মউ ফবা মখোয় মন্তা তরুকস্থ লেপলৈ। হেক উবদা অকিবা পোকই শকফমশিংদো। ঐখোয়না মাঙ্গোলদা লেপলিবদো শওজাও-তুগী মন্নুংদা মৈ, ফমফম্নচিংবা শেম্বা লোইদবদগীনি। শও মন্নুংদা চঙলবা কান্দা খঙবা ঙমথি ঐখোয়বু তাকপী তম্বী-গদৌরিবদো নাতোল্লাউ অমুবা ময়ামতুননি। মখোয় অদো য়াম্না খঙবা হৈবা ঐখোয়দগী য়াম্না হেন্না খঙবা ঙাংনি। খনখি শক য়েংলগা মীগী মগুণ লেপ্পা অসে লানবোরে।

তাকথরকই মথং মথং খা এসিয়া, ভারত আফ্রিকা, মিদল-ইষ্ট, অরাং থংবা আর্জেনটিনা, অরাং নোংপোক ব্রাজিল-দগী মেক্সিকো ফাওবা হায়রিবা মফমশিং অসিদা নোংজুগী অরেপ্পা লৈতনা হেনগৎলকলিবা মীশিংগী চাবা ওক্লনবা পোৎ-থোক পুথোকপা ঙমদবা। নোংজু মরাঙ কায়দবা, ঈথৈ লোফম ঈশিং লৈতবা, বিজ্ঞানগী থৌশীল রাৎপা, ইকংগী লম্না হেনবা। পূম্নমক অসে মমিগী ফিজংদা মথং মথং উৎলকই।

অহানবা হেক উবদা অকিবগী শকম লৌরম্বশিংদো হৌজিক্তি মী ওইরম্লে। তাইবং মী। করম্বা তাইবং মী

পৃথিবীগী চাবা রাংপগী সমস্যা কোকুবদা লমজীং মৈবা পায়থুনা অরা অনা কয়া খাওথুনা চাথোক হেনগৎনবা হোৎনরিবশিংগী ময়ক্তা লৈবা তাইবংমী।

মথক্তা পনজখিবা খরা অসিনা মরম ওইরথুনা ইং ১৯৭২ গী জুলাই থাদা ইক্রিসাট অসি হায়দ্রাবাদতা হেড ক্বাটর ওইথুনা লিংখৎখিবনি হায়।

কংখ্রবা, ঈশিং পক্তুবা লৈঙোই লম ওইনা তৌবা লম-দমশিং অসিদা মতৌ করম্না সোরঘম, পার্লমিলেট, পিজিওন, পীজ, চিক-পীজ থাথুনা হৌহন্দুনা পোৎথোক মরাও কায়না ফংনবা হোৎরিবা। হায়রিবা মফমশিং অসিদা থাগদবা পোৎথা মওং, এক্সটেনশন ৱার্করশিংদা শিন্দম পীবা, বৈজ্ঞানীক কয়ানা থিজিন হুমজিন্দুনা পুথোরকপা মহয় মরোংগী কাওপুপ মখল কয়া য়েংবদা মিংফম হোংবা য়াদবা ঙাকনি।

হায়দ্রাবাদ সহরগী অরাং নোংচুপ থংবদা কি : মি ২৫ চৎলগা লৈবা মফম অমদা ভারত সরকারনা লম হেক্ট্যার ১৩৬০ পীথুনা ইক্রিসাট লিংখৎখিবনি। তোঙান তোঙানবা লৈবাক তরাতরেৎকী সংস্থান ২৯ না চালাইবা ইক্রিসাটনি। অওকপনি ঙকনীংঙাই ঙাক্তনি। হোলদা মমিগী ফিজংদা, ৱা ওাওথুনা ইক্রিসাট শকতাকপা লোইরবা তুংদা ঐখোয় মপাল থোরকলে।

ঐখোয়না তোংলকপা বস মচা অনীদো থনমলে। ইক্রিসাটকী থোঙ্গাল অচৌবদা বস অয়ামুক মশক চপ মান্নৈ থারম্মী। করম্বনা করম্বনো খঙবা ঙমদে। বস ময়ামত্থুগী মরক্তগী অমখক্তা ঐখোয় ময়াম তোংখৎলু হায়রে। তোংখৎলে। বস অনীগী মপোৎপু করম্না বস অমখক্তদা চনগদরা খল্লী। অত্থুগদি নাকন নাকন্দা ফমফম কয়ামুক হায়গৎতুনা থুপচিনত্থুনা থনম্মী। মত্থু হাইথরগা ফম্নখিবদা ফমফমনা লেমত্থুনা লৈরে ফমগদবা মীনা ব্রাংলে। মত্থুগী বসতুমুক তোংবদা মুংঙাইবা পুন্সীদা খক তোংখিদ্রি। কারদগী ফম্বদসু হেম্না মুংঙাই। ইক্রিসাটকি ওজা অমনা বস মনুং অত্থুদা তাকই মখল মখলগী থাবিবা হৌবিবা নফমদা লৌবুক খুদিংগী। ইক্রিসাটকি অকোয়বা অদো গাড়ী নত্রগদি খোঙ-নকা কোয়বা ঙম্বগী রা লৈতে।

চাউখ্রে, পাকখ্রে। ঙমখৈদি মিৎনা তাম্বা লম। করম্না য়েংবা ঙমলুগনি খোঙনা চৎতুনা। মখল মখলগী পাম্বী, পাম্বী অমদা মহয় অনীতা পানবী চুগচাক খোঙনেম্বী, চরোং চুম্বী চনান পাম্বী, নুংহরাই, লৈবাক হব্রাই, অফবা মচি ওইবা চিঙ্গাকী পাম্বী ঙাক্তনি। ফজৈ ফজৈ য়েংবদা মিং পেন্নঙাইনি। পূক্নীং মুংঙাইহল্লি।

মায়কৈ অমবোমদা লাউনা খোংনা হিংচাবা মানবা

ট্রেক্টর বুলডোজর ঙংলি, চেন্নি, প্লাইরি। লৈপাক খোংক্তোকই, কোংথোক্কই লংথোকই। অঙকপগী মশক্কি অমুক অমুক কোংতুনা পুথোরকপনা চীংঙা পিশুমমুক চাউই। লৈকুৎ কয়া মেনশিল্লি। চীংদোং কয়া তেমথোকই। শেমগৎ-লি শাগৎলি ইক্রিসাটকি লৌবুক। রসগাড়ী মনুংদা ইক্রিসাটকি মবমদা তাকলিবা প্রফেসার রা ঙাঙবা লেপ্তে তাকলি ঙাঙলি রা। ঐখোয়না তাবা তাদবগী রাফম মঙোন্দা লৈতে।

ইক্রিসাটকি লৌবুক য়েংবা লোইরমদাইদা চংলি শিনশু-শঙ অমা য়েংবা। শাঙলবা শঙশাং অনী খাত্রাংনা শাই। মনুংস্থ মপালস্থ পীক থল্লি মখল মখলগী কার, বস গাড়ীনা। অয়াবা য়াদবা। পুন্নমক ফোরেইন ফোরেস্টন ঙাক্তনি। ফজ ফজরবা নমুনাগী কার কয়ামা তাতুনা শীজিন্নদতুনা লৈরি। শঙশাংগী নাকন্দা ফাওববা খা ভারতকী জগোয়গী শক্তম কয়া নূংনা শাবা। অতেক অকায়নি। ফকলাংদা ঙাতুনা থমলি।

ইক্রিসাটকি লৌবুক শেম্বদা ট্রেক্তরনা লৈনুংদগী কোং-থোক্লকপা ঙাক্তনি মূর্তিশিংদো। পক্লম্বা লৈপাক শেংনা চামথোক্লগা শঙশাং অনীদুগী ফকলাংদা ঙাতুনা থমজিবনি। মরক্তা গনদেবতা কয়াস্থ য়াওরি। তোঙান তোঙানবা

শরুওংগী শরুমনি। মূর্ত্তি ময়ামহুনা পরেং শানা লেংহুনা ফকলাংদা ওারগা করি য়েংলিবনো ফোরেইন কার য়াদরা চৎনদ্রবা অতেকপশিংহুগী মরুমদা।

মহয় অনীতা পানবী চুগচাক খোওনেম্বী, মরীক চুম্বী চনান পাম্বী চওহন্দে মখোওদা বুলডোজর, ট্রেক্টর। মখোয়না য়াজরিবদ্রি সুপ্নগী কুলী মুপীশিংতবুনি। অন্ধ্র প্রদেশকী কুলী মুপীতবু। ফোরেইন কার অতেক অকায়শিংহুগী শরুক তরা থোকপগী শরুক অমফাওবা ফংদবা দোজ্র গাড়ী অমনবা, মথক কুপ্তবা, ইকোপ কোপ্পা, খা-ভারতকী পামজবা মচু ওাউশং ওাওনা তৈববা ডোজ গাড়ীহুগী মনুংদা ত্রম অমনবা অমদা থরুবা ঈশিং হাম্পি কোনজিন পাল্লি। মগকী অওোবা এনামেলগী শরুক কেনখ্রবা অমুবতা ওাইরবা অমদা ঈশিং য়াহুনা থকলি কুলী মুপীশিংদো। খেন্নখ্রেদা খেন্নবসে অবৈবগা লৈতবগা, ইনাকখুনবগা লাঙ্গীরবগা। ঈশিং থকপা লোইবে থাওজো মচা অমমম পায়নবহুনা নাপি পেংবা চওখ্রে কুলী মুপীশিংদো চুগচাক খোওনেম্বী, চনান পাম্বীগী ফৈদোম কারক্তা। নাপি পেংলি কুলী মুপীশিংদো অন্ধ্র প্রদেশকী চারুবা মুংশাগী মৈচাক থাংহুনা। বিজ্ঞানগী চাউখৎপগী ওমখৈ য়োববা কানসিদফাওবা শোল্লবা চরাম চদংনরবা কুলী মুপী-শিংগী মতেং য়াওদ্রদি পাওথোকপা য়াদবা থবকস্মু লৈরিদকো।

ইক্রিসাট য়েংবা লোইশিল্লক্লবদা ঐখোয়গী বসতা ঐখোয় ময়াম অমুক কাখংলে। ইক্রিসাটকি বস থনমলে। থোৱকপদা উরম্মী খা-ভারতকী গনদেবতা ময়ামত্তুনা ফোরেইন কার অতেক অকায়গী অহোবা মরক্তা মখুল খজিক্তুং ফংজবত্তুদা থরায় শোক্লা মমিংতা পিগী ঈরা চেল্লত্তুনা য়েংত্তুনা লৈহৌবদো ইক্রিসাটকী কুলী মুপী, চাকথুং ফিথুংদবী কুলী মুপী। অন্ধ্র প্রদেশকী চাক্লবা মুংশাগী থাকন মথাদা হুমাং জি জি শোরত্তুনা নাপী পেংলিবী ইক্রিসাটকী কুলী মুপী।

# ইমা খুল্লাকপীগী নোংগাং হৈদো

নোংচুপ চীংশাং চৎপা অহানবা খোঙচৎনি পুন্সীগী। পূক্লীং তয়াং তশোই। অরা মুংঙাই য়াম্লে করিগীনো থঙদে। নাল্লবা কোলাস লম্বীদা চেল্লি। জিরি জিরি ঐখোয়না তোংলিবা জীব গাড়ীদো। থেক্লা খোয়না ঙং ঙংতুনা কাখৎলি জীবতুনা। অঙম্বা কাবগী শোর মপী হোল্লিমাল্লে জীবতুনা ঙংলিবদো।

লেপ্পা লৈতা স্নুম থোরকপনা ফনা য়াম্না চঙশিল্লক্লে। চীংশাং পরেংশিংহু উবদা নীংশিংলকই অহল লমনগী পাউরৌ। পূক্লীং হূনা নীংথিজরবা তুমিন তুমিন লেপ্লিবা চীংজাও পরেং কয়াদা মোং হাত্রিবা লেঙ খোৎপন্ন তৌদে লেমখ্রে। মসি উবদগী প্রমান তৌনরম্বা ওইবা তায় চীং লেমখ্রেদা ফজখ্রেদা তপ্পীদা হায়বসে। চৎলি ঐখোয়গী গাড়ী থৌরি লেপ্পা লৈতা। উরকখি ঈশিং চাইবী মচা কয়া ইরং ইরং লং চীংমায়দা চেম্ববা। তারকখি উচেক মচা কয়ানা হুংশিনা খোংবা।

অস্নুম লাকপনা মুংথিলগী পূং ২ রোম তাশিল্লক্লে। ঐখোয়না ইম্ফালদগী যাত্রা তৌরকপদি অয়ুক্কী পূং ৭½ দনি।

মতমদো তমেংলোংগী লম্বী ফৎত্রি হৌজিক্রম। ওহাক পোথা-সি হায়দুনা গাড়ী খাম্মগা পোংথাই খোং ১ গী মপান্দা।

ঐবু তমেংলোংদা টুর চৎলুসি থবক য়েংঙ্গুসি হায়দুনা পুরিবা অবুংবনা হায় - মফমসি তমেংলোংগা থারোনগা অনীগী লমখায়নি। অরাংথ.বা তোর্ব্বান্দা চৎখ্রিবা লম্বীসিনা থারোন তাবা লম্বীনি। মাইল ৫ রোন চৎলগা থারোন শুরুং লৈ। মখারোমগী লম্বী খরা পাকপসিনা তমেংলোং য়ৌবা লম্বীনি। শুরুং পল্লকপা অদুদা ঐনা খঙনীংখি করম্বা মখলগী শুরুং ওইরমগাদগে? ফুঙ্গাহারীগী ভাবনা শাবা শুরুং অদুগুম্বা ওইরিদরা? নত্রগা মমাংডৈ চেরাপুঞ্জিদা চঙলুবা শুরুং অদু গুম্বা ওইরিদরা? ঐনা হংঙি—অবুংবা নঙনা থারোন্দা শুরুং লৈ হায়রিসিবু কয়াম চাউবনোনে? মী চঙবা চনবা জাংলা নত্রগা লমহূই মখুলগুম্বরা?

অবুংবনা খুম্লকখি - ঙজানি হাইফেং চাউমাল্লে। ঐমক্তি চঙলুদ্রি। মীনা হায়বদগী তাবনি শুরুংদুদ. নূং মমল য়াম্বকাম্নু ফংমাল্লে। য়াম্না শাংনা চঙঙিম্নু হায়। অদুগা শেকপী অঙোবম্নু য়াম্না লৈ হায়নৈ।

য়ারী শানা শানা চৎলি তমেংলোং পাংলি। থারোন লমখাইদগী মাইল ৩'৪ চঙশিল্লদি লম্বীদু য়াম্না খুই মপান্দুম্ন অঙকপা ফংনা ঙম্মী। ঐগা চৎমিন্নরিবা পিয়ন অমুবনা

গাড়ী মনুংদগী মখাদা লোকখাদা য়েংথরুমাল্লে ইস হায়রগা মমিং মমায় খুমজিনখরে। করিগী মমায় খুমজিল্লিবনো হংবদা মাম। খুমলকনি উদ্রবদি থরা কৈ। ওমখ্রে ফক্লাংগা চপ মাল্লে মসিদা শুস্তববদি শক ওারু পূন্নমক বেশন। অতুনা উদনবা মায় মিং খুমজিল্লিসিনি।

অবুংবনা হায় মসিগী লোকমায় অসিদনি লম্বী ককপদা চীং নীংখায়রক্তুনা মী ৭ পূল্লপ নন্দুনা লোকখাদা শিখি হায়বদো। অতুদগী মফমসে ৭ লোক কৌখিবনি। মতু তাবদা অমুন অবুংবগী মচিল মেল্লি হায় তম্মনু কিবনা হকচাংসে চেঙ খৈগুম নীক্লে। তম্মনুকো তা অবুং তোকও হায়রিসিনি।

অম্মুন্না লাকপনা মুমিদাংরাই মমলি মমলিবা অতুরাইদা ঐখোয় তমেংলোং য়োরে। অবুংবন হংঙি— ওজানি কদাইদা থুংশিগে? বিডিও সাহেবনবুদি আই বিদা লৈনবা শোয়দনা শীল্লমগনি। অতুদা ঐদি ঐখোয়দা থুংহন্নীংখ্রেদা। ঐনা খুম্মী ঐম্মু নওগীদা লৈবা পাম্মী। বিডিওদা পাউ হোদোক্লম্মসি অতুগা নখোয়দা লৈরুরসি। অম্মুন্না ঐখোয় অবুংবগী ময়ুমদা থুলে।

নিংথম থানি। মুংশিং মরক্তা লমশাং লাকপগী ঈংবনা ঐখোয় পূন্নমক মৈ তীন্নীংল্লম্মী। অবুংবনা ইমুং চঙলসি

হায়হুনা চগুলে। য়ুমদো চাউই শাংঙি। চাউর চাউরবা য়ুংলিবা য়ুম্বী মখোঙশিংহু উবদা ইমুংদো হাইকেং লিংবা মাল্লি। য়ুমহুগী মনীং ইথং থংবদা মৈজাও অমা হৌরম্মী ওরং ওরং চাক মৈতাল অচাকপশিংদো। ইম্ফালগী মৈফু ১০ রোম হাপ্পা ওক্লনি। মৈনাক্তুদা ফম্নম্মী হন্নুরবী অহল অমা ফাল অমদা। লাক্লিবা ঐখোয় পুন্নমকীসু মৈনাক্তা থাই ফাল অমমম ঐখোয়বু ফম্মু হায়হুনা। অবুংবনা কোই-লাং লাংঙি মথননতা লাঙবদা ইনীল নিল্লি চাউখ্রবা য়ুম-জাওদো। ঐখোয়গী চানা থারুবা থোং থারুবা তুম হীপ্পবা শীল্লি লাওলি। হান্না লৈরমলিবা মীশিংহু মথৌ অমমম পীহুনা চাক থোংনবা শীল্লম্নগা মাসু ঐখোয় ময়ামহুগী মনাক্তা ফাল অমা থাহুনা ফম্মী।

অবুংবনা অহল অতুদা মখোয়গী ময়োলনা করিনো খন্না হায়খি। অহল অহুনসু খুমলকখি। ময়োল খঙদবনিনা ঐখোয় তুমিন্না য়েংহুনা লৈ। অতুদগী অবুংবনা হায়—ওজানি ঐখোয়গী অবোক্লা ওজানিবু মাই মনাক্তা ফম্মো হায়রিবনে। ঐসু হৌগত্নুনা ফালদো পায়রগা অহলহুগী মনাক্তা চঙহুনা ফম্মী। অহলহুনা মচিন্দা করি করিনো খঙদে মুরুম মুরুম শোল্লী কোক্তুসু নানবী। অবুংবনা হায়রকই—ওজানি অবোক্লা হায়রিসে অবোক্লা পোকপা মচান্নুপী ঐখোয়না ইনে

অমা শিখ্রে কুইরে। ইনেত্নগী মশক্কা ওজানিগা চপ মান্নৈ অবোক্কা ওজানি উবদা শিখ্রবা অবোক্কী মচামুপীত্নু হল্লক্লবনি হায়না খল্লে য়াম্না মুংশি ইনশাং হাওনা থোংত্নুনা পীজৌ হায়রিবনে আবোক্কা।

অম্মুম্না ম্নারী শানা শানা মৈ তিকলি ইকোয় কোয়না ফম। অহল অত্নুনা ঐগী খুং শা পায়ত্নুনা য়েংঙি শিংপী নানবী। অহল অত্নুগী মতৌ উরগা মাগী খুইরবা মায়-থোঙত্নু য়েংলগা ঐগী লৈখিদ্রবী ইমাত্নু নীংশিংলকই। মমা অমনা মচাদা মুংশিবগী প্রেমত্নুনি ঐনা মুমিংত্নুদা অহল অত্নুদগী ফংজখিবদো। অহানবদদি খঙলমদে ইমুংদো খুল্লাক-পগী ইমুংনি। অহলত্নুনা লৈখিদ্রবা খুল্লাকপগী মুপীনি। অবুংবনা মশূ নীপা। খুল্লাকপীদো ফনা লৈশিল্লে চহী ৯০ ওকয়া ওইরম্বা য়াই। মশূ মুপানদি মবোক্কী চহী তাং-দাংবা খঙদে।

চাক থোংবা লোইরে শীল্লে। লীফান ২/৩দা চাক ইনশাং থেল্লে। চাক চারসি হায়ত্নুনা ঐখোয় ফাল অমমম থারগা লীফান মনাক্তা ফম্লে। অবুংবগা ঐগা থংননা ফম্মী। মানা হায় ওজানি ঐখোয়গীসিদি চীংলমনিনা লম্বী থোং ফত্তেদো অহাওবা করিমতা ফংদেনে। চাববু য়াগদরা খঙদে।

ঐনা হংঙি—আবোকহোয়দি ?

মখোয়দি ওসাইনা মুমিৎ তাদ্রিঙৈদা চারম্মনি। হৌজিক্তি অবোক ফমুং চঙশ্রবনি।

পিয়ন অমুনা হায় হঙ্গাম চমফুৎ উবদা—ইস্ চফুৎসিদি পাম্বীনিনা।

ঐনা খুল্মী - হঙ্গামদি অতুম হায়না চাগদবনি। মতুনা চিঙ্গাক্কী মগুন মাঙহন্দনা চাবগী অচুম্বা নিয়মনি। ঐখোয় তমগী মৈতৈশিংনা কুপ্পা শোয়দুনা কুপ্প মন্দুনা চামখোক্লগা থোং থাক্লিবসে মীতৌ তম্বদগী শোয়ববনি লাল্লবনী। ভিটামিন লোইনা মাঙহনশ্রগা চারবা চাবগী কান্নবা লৈত্রবনি। খঙ-ঙেদনা অমু। অবুংবা হাকুম অমা ঐ হায়দ্রাবাদতা ট্রেইনীং চৎলুইদনা চাবা থকপা থোং থাকপগী শিন্দম লৌবা। অতুবু মতুদা তম্লকপদো ঐখোয়গীদি ইপা ইপুনা অহল লমন্না থাইনদগী শীজিন্নরম্লবা চৎনরম্লবা ঙাক ওইরম্মে অনৌবা অমতা ওইরমদ্রে।

নোং ঙাল্লে। ঐখোয়না হৌগৎলকপদা চাক লোইরম্লে। চাক চারে। তোক্লগা খুনতুগী মীয়াম উনরে। ব্বারী ব্বাতাই শানরে। অৱাৎ অপা সমস্তা কয়া খন্ন-নৈনবা লোইরবা মতুংদা লম য়েংলুসি কোয়থোকলুসি হায়তুনা ঐখোয় চৎলি।

তমেংলোং খুনজাওতুগী নোংচুপ পাংবদনি ঐখোয়না চৎপদো। অবুংবনা ঐখোয়বু লমজীংঙি। খন্না চৎলগা

চীংমায় অমদা হাইথরে। ফজখরেদা লমদমদো পামেল উপালশিংহুনা তুমিন তুমিন লেঙবা খোংপা হাই হুম্বা তৌদনা নোল্লুক্লা তরাম তরাম্না ঐখোয়বু ওক্লিবোই খল্লুই হৌরিবা পামেলশিংহু উবদা। কুমথফম থাক ফজনা লৈ লোকমায়হুদা। অহুবু কনানদি থৌওইবিদ্রবা মাল্লি মফমদো। শেম্বা হৌগৎ-লকপা মতমদা উপালশিংহুনা নৌরিডৈ মুংপাকশিংহুনা হল্লিডৈ ফজরমগদবদো কয়াদা ফজরমগবা। ফজরি হৌজিকস্থু মল্লবু মন্না লীরবস্থু লিনা। লোকমায়দো হাইফেং ওম্মী, চাউই, পাকই। লোকমায়হু থন্না হৌরি নোংগাংহৈ পাম্বী ঙাক্কা অতৈ অতোপ্পা উপালদি হৌদে। লাংতক্করবা পূক্লীংনা খঙনীংলবা থম্মোয়না হংজখি অস্থুক য়াম্বা নোংগাংহৈ পাম্বী ঙাক্কা কনানা করম তৌনা থারম্লীবা ? লোকমায়দো তাম-থখ্রি আ মখা য়োনা বরাক খোঙবান য়োনা।

অবুংবনা হায়—থায়না মমাংঙৈদা ঐখোয়গী পাখং লৈশা ময়াম হৌনহুনা বরাক তুরেলদা ঈরুবা চৎনরম্মী। হৌজিক্লা মখাদোকানগী, লমফেলগী সিনেমা হোল মমাঙদা চৎনরে। যুগ অমা ওইরেনে ওজানি। নুংপাক অশাংবা লম ২ রোম শাংবা খুহুম ১½ রোম পাকপা নুংপাক ১গী মথক্তা খিল্লি নুংগী চফুগুম্বা ১ মওংদো চাইতেঙ্গোৎ মওং মাল্লি। চিদাই অমদনা নুংপাক্কুগী মখুল অরাওবা অমস্থু হুৎলি। মদো

বরাক্তা ঈরুবা চংকদৌরিবা পাখং লৈশা ময়ামগী চীংহী লুফম্নি হায়। অতুগা ঈরুবা লোইতুনা কাখৎলক্লগা পোৎ-থাফম্নি হায়তুনা চাং মান্নখ্রবা নুংপাক পরেং কোয়না থারি। ময়ায়তুদি হাংঙি শুমাংমুক পাক্লা। মতাই ওইরপ্না নোং-গাংহৈ পাম্বী অচৌবা ১গী মখোঙদা নুংপাক ১মু থারি টাংবল মান্না। মতুনা কয়াদি ফজখ্রে। বিচার তৌফম মিটিং তৌফমকা মাল্লি। মফমদো সভাপতিগী ফমফমকাসু মাল্লি। বিশ্বকবি রবীন্দ্রনাথকী বিশ্বভারতী শান্তিনিকেতন্না ফজবা হেনবগী রাফম লৈতে। ময়ায় হাংলিবতুনা হরাও কুমহৈ তৌফম জগোয় শাফম্নি হায়। অতুগা ববাক খোঙ-মুংদা কুমতুনা ঈরুজরুবদগী কাখৎলক্লগা অরাবা পোৎথাফম্নিসু হায়।

নোংগাং হৈকোলদো ওম্ভোক্লা ফজখ্রে। মহৌশাতগী ওইবা ফজবতনা লৈতেংবা লমদম্নি। মহৌশাগী ফিজেৎ লৈতেং থোল্লিবি মহৌশাগী মফম নোংগাং হৈকোলনি। খুঙ্গংগী মুংঙাইবা পুন্সী চীংনুংগী ফজবা দৃশ্য কল্লক্কবা ঙমখিদে। মহৌশাগী অশেংবা ফজবা উজবা অহানবনি পূন্সীদা। অবোইবসু ওইরবা য়াই খল্লুবদা মুংশাশোর মপী ১দি হোনখি।

অবুংবনা হায়রকই ঙহাক পোৎথারিঙৈতুদা—হৈপাম্বা

ওইরবদি নোংগাংহে পেম্না চাগদবনিদো ওজানি। মতম নত্তবনিনা চাত্রেদো হায়রগা পাম্বীশিং অত্তুদা হঙংনা য়েংঙি কোইয়েং য়েংঙি উপালশিংত্তুদা। ওহাক য়েংলগা হৈপাল অমদা তাপ তাপ কোন্দুনা কাখৎখি অত্তুগা হেকলকই পাল্লম্বা হৈরোল ৩ খক মনা ১নি মখোক্তা লোয়ননা ৩ ত্তুগী মরক্তা ১দি কয়াগী মতীক ফজে ঙাংশং ঙাং অশংবা মনা ৩/৪ না য়োম। অবুংবনা হায়—ওজানি হৈরোলনিনা মশক থীরবস্থ হাওরমনি য়াম্না থুম্মমনি মহাও য়েংঙ্নে চাওনে। হৈদো ঐমক্তি চানীংদবনি য়েংনবা য়ুমদা পুনীংবনি। অত্তুবু অবুংবনা চাও মহাও য়েংঙ্ হায়মনবত্তুদা ১দি চাথোক্লে। খ্বাইদগী ফজবা অঙাংবা অত্তুমদি ঐগী বেগতা উনা অশংবা অপাকপা অমনা য়োম্লগা হাপচিল্লে। ওহাক পোৎথারে অত্তুদগী ঐখোয় হল্লক্লে।

ঐখোয়গী থুংফম য়োরে। খুল্লাকপী ইমা ফমত্তুনা ঐখোয়বু ঙাইত্তুনা লৈরম্মী। মনাক্তা প্লেট অঙৌবা অমা লৈ মখুৎতা থাঙ মচা ১স্থ পায়। অরাথবী অমুনবা ৪/৫স্থ ইকোয় কোয়না মনাক্তুদা লৈবা উই। ঐখোয় হেক হল্লকপা উবদগী খুল্লাকপী ইমাদো অরা থবী খোকপা হোই। অরা-থবীত্থ খোক্লমদাইদা মখুৎ অনীদো হৌরিবা মৈজাওত্তুদা ওম্না ওম্না মুম্না মুম্না য়াই। প্লেট অত্তুগা থাঙ অত্তুগস্থ মৈত্তুদা মখুৎ য়াইবগুম য়াই। অত্তুদগী অরাথবী অমুনবত্থ খোকই ককই।

খ্বাইদগী চাউবা খ্বাইদগী হেন্না মুনবা ফজবা অরাথবী ১দি শোক্কে থম্মী। ঐনা থল্লি খুল্লাকপী ইমানা ফজবসিমা করিগীনো খাক্নুনা থমলিবা। অখোকপা অরাথবীশিংদো অবুংবনা ঐখোয় ময়ামদা য়েল্লি চাই য়েন্না য়েন্না অবুংবনা হায়—ওজানি ঐখোয় অবোক্লা চৎখোক্কনা চৎপনিনা য়ারম্মনি। পীজনীং তৌবনি। ঐখোয় চীংমীগীদি অথুম অহাও লৈজদে সিগুম্বসি নক্কনা হায়রিবনি।

মুমিদাংগী চাক তোক্লবা মতুংদা অবুংবনা জগোয় য়েংঙুসি। থুলনা ওজানিগীদমক জগোয় ১ শীল্লি হায়তুনা ঐখোয় লমহাং অমদা চৎলি। মতুদা তিল্লম্বা মীয়ামতুদি অঙকপনি। ঐখোয়না মুম উবদদি উ-রা চীং ঙাক্কা উই। কদায়দগী মীয়াম্মো ঙকখি। থাউমৈ থান্দে মৈজাও অমা হৌরিবতুতনি লম্পাক অতুগী ময়ায়দা। মফমদো মৈজাওতুগী মঙালনা মুংথীলগা চপ মান্নে। জগোয় হৌরে ঐখোয়না মফমতুদা হেক থুংবগা। মুপা মুপী পুম্না ৭৮নি জগোয় শাদৌরিতু মখোয়না মৈজাওতুগী অকোয়বদা পরেং লেংঙি। পাকখ্রবা লম্পাক্তো পূমথল থল্লি। ঐখোয়গী মুরাইদা স্টেজদা মী ৫/১০ না শাবা জগোয় অতুগদি খেন্নখ্রে। ফিজেৎনা লশিং অঙাংবনা শাবা ফি ঙাক্তা শেৎলি। জগোয়দো কয়াদি ফজখ্রে জুম জুম জম জম পুথল থল খনখি— মসিনিদনা চীংগী

ফজবা থুক্সংগী শ্,মহৎহনীংঙাই ওইবা পুন্সী হায়বদো। অতুক ফজবা পুন্সীসিদা অমুক উগনি হায়বা থাজদ্রে।

মথংগী নোংঙানবা অয়ুক্তা ঐখোয় ইম্ফাল থোক্লগনি হায়তুনা ফম্মুং ফান্নুংনচিংবা য়োম্বা লোইরে। মরক্তুদা থুল্লাকপী ইমানা চাউরবা দাবু অমা চিংবোই থাংবোই তৌতুনা পুথোরকই। দাবুতুদা য়াওরম্বা ফি মখৈ অমমতা ওইনা চিংথোক্তুনা ঐবু য়েংহল্লি। ইমা থুল্লাকপীগী লুহোংবদা মথোয়গী অহল-লময়া খুদোল তয়কপনি মচাইদমক মুংশিতুনা নীশিং থুদম ওইনা ইমা থুল্লাকপীনা থমজিল্লিবনি হায়। লশিং অঙাংবনা শাবা ফি ঙাক্তুনি। হৌজিক্তি লশিং অঙাংবা ফংদতুনা কনামতনা অতুগুম্বা ফি শানদ্রেস্‌নু হায়। ফি ময়ামতুগী মরক্তগী অমা লৌথোরকই। শাবা কয়া কুইদ্রিবা ফিদা মাল্লি য়ায়া হল্লি। ইমা থুল্লাকপীনা ফিতু তিংথোক্লগা ঐগী নংগন্দা কুপ্পী। ঐঙোন্দা পীরিবা ওইরমাল্লে থন্দুনা ফিতু ঐনা মওং তানা ইনশিল্লে। ইমা থুল্লাকপীনা মোমোন নোক্তুনা চেপথা চেপথা ঐঙোন্দা য়েংঙি। অবুংবনা অর্থ হন্দোকই ইমানা হায়রিবশিংদো। লৈখিদ্রবী অবোকী মচা-মুপীদো ঐনা ফিতু ইল্লগনা অমুক্তা হেন্না মাল্লে হায়রিবনি হায়না। ফিতু ঐঙোন্দা পীরকখি।

থুল্লাকপী ইমাদো ইমুংদা চঙখ্রে য়োংচাক চরোং অমা

মখুৎ নামনা পায় মখুৎ নামনা খোকখিদবা অরাথবী অমুনবা অচৌবদো কোল্লি। অতুগা য়োংচাকুগা অরাথবী অতুগা ঐগোন্দা পী। ঐনা কোকসে খরা নোল্লপ তৌরগা লৌই য়োংচাকা অরাথবীগতু খুল্লাকপী ইমাগী মখুৎতগী। ঐগী কোক্তা মুংশিনা ইমানা নানবী। মচা অমনা মমা অমদগী ফংবা মুংশিবতুনি ঐনা মুমিৎ অতুদা ফংজখিবা মুংশিবদো।

ঐগী খুৎতা পায়রিবা বেগ অতু ইমা খুল্লাকপীনা হাং-দোকউ হ.য়বগী ইংগিৎ অমা তৌরকই। ঐসু ঐগী বেগ হাংদোকই। ইমানা ঐগী লুনা হাপলিবা নোংগাংহে ময়োনতু হাংদোক্লগা হৈতু লৌথোকই। লৌথোক্লগা ঐগী নাপ্পদা থেংপী। ঐগোন্দা শংত্রিক য়েংলগা মচিন্দা করি করিনো খরা শোনথিবগুম তৌই। অবুংবনা অর্থ হন্দোকই নোংগাং হৈতুনা লৈরিমখৈ ইমা খুল্লাকপী হিংলি। লৈত্রবদি ইমা খুল্লাকপী লৈত্রে হায়তুনা লোকো হায়রিবনি। ঐগী মিৎ ঈরা চেল্লি খুল্লাকপী ইমাগীসু অতুমঙাই। পি তৈথোকই ঐসু খুল্লাকপী ইমাসু লেপতুনা লৈহোরে খুল্লাকপী ইমাদো মপি তৈথোক তৈথোক ঐবু য়েংতুনা ঐনা চৎখিবা য়েংতুনা। ঐসু চৎলি ইমাবু য়েং য়েংতুনা পি তৈথোকই জীব গাড়ী মনুংদা।

অসুম্না থাদোক্লম্লে ভমেংলোং, লৈহোরে নোংগাং হৈকোল, লৈহোরে ইমা খুল্লাকপী।

নোংগাং হৈকোলদগী লুনা চেৎনা য়োমহ্নুনা পুজরকপা নোংগাংহৈদো নীংথিনা মফম চানা থমগে থন্নুনা ঐনা ঐগী ফমফম কাগী ফক্লাংদা য়োৎপী অমা থন্না ৱাংলপ য়ৈরে। নোংগাংহৈদো য়োৎপীহ্নুনা য়ান্নুনা থম্লে। নীংশীং খুদম ওইনা তমেংলোং চৎলুবগী নীংশীং খুদম ওইনা। চহি কয়া হৌখরে, কুমজা কয়া ওনখরে নোংমতা নীংশিংলুদ্রে হৈহ্নু লৈরিবরা নত্রগা লৈত্রবরা হায়বদো। নোংমা অহৌং অমগী মওদা খুল্লাকপী ইমাদো উরম্মী। য়োংচাক চরোং অমা মথুৎ নামনা পায়, নামনা অৱাথবী কোন ঐগী ইমাওদা লেপ্পদো, ইমাগা ঐগা কায়নরমদাই মতমদা ইমানা লেপ্পদো। খুল্লাকপী ইমাগী মুমিৎতুগী শক্তমদো। খুল্লাকপী ইমানা হংবগুম ঐগী নাকোংদা তাখি—নওগী নোংগাংহৈদো লৈরিবরা? মিকপ খওথোক থোকই। ফুক হৌগৎতুনা য়েংঙি ফমফম কাগী ফকলাংদা।

লৈরমদ্রে নোংগাংহৈদো। ঐগী তমেংলোং খোঙচৎকী নীংশিং খুদমদো। নোংগাংহৈকোলগী নোংগাংহৈদো। ইমা খুল্লাকপীগী থৱায়দো। ইমানা ঐগী নাপ্পদা থেৎপীরকপদো।

ইমুংহ্নুদা লৈরিবা মী খুদিংমক্তা হংখি ঐগী নোংগাংহৈহ্নু উবরা হায়না কনামতা উই হায়রক্তে। খওদে উদে ওাক্তা হায়রে। অমনদি শোম্থাংননা হায়রকপগুম তাখি চৈরাওবগী কা শেংদোকপদা অওাংশিংনা শুম চারে, ভিল্লাইখোম্বী

ইল্লনি, মিরাং থুরে কায়দে লংথোকপ্পসি হায়নখিবমি হায়না।

মস্তু তাবদগী ঐ মপাল থোক্লে। অমোৎ অকায় হুন্দোকফমদা চৎলে। তাবরা হায়ত্তনা চৈত্তেক অমা পায় হোৎতুমা কয়া য়েংডি। থেংনবা মরৈখিত্রে। ঐগী নোংগাংহৈ, নোংগাং হৈকোলদগী ঐনা পামজনা পুবকপা, ইমা খুল্লাকপীগী থরায়, ইমামা ঐগী নাপ্পদা মুংশিন। থেৎপীরকপা নোংগাংহৈদো অত্থুম থিবা ফংখিত্রে।

---

# শগোলদি লৈহৌই শিবাজীদি উরক্তে

শিলং থায়নগী অসামগী কোঙ্গুং হৌজিকসু মেঘালয়গী কোন্নুং। ডাক্তর কমলগী মাধবী উপন্যাসতা য়াওরিবা পান্না শিলংগী দৃশ্য পরীক্ষাদা তোয়না হংগনবা রাহংনি। কুমজা কয়া হৌখ্রবসু মাধবী লৈরাংনা মৈতৈ লৈকোলদা লৈমন চনখ্রবা লৈরাং ওইরবসু চিন্দদি পকলি হৌজিকসু শিলংগী দৃশ্য। মমাংউেদসু চহী কুন্থ্রামুক্তী মমাঙদা চংখ্রে শিলং। মহৌশাগী অমসুং খুংশেমগী ফজবা অনীনা লৈতেংবা শিলংগী শক্তম। ওসিসু থুংলে শিলং। ফজবি মহৌশাক্তম মীংথিরি অহুমক। মমাঙউেদনা নহা ওইরিউেগী মিংয়েং। হৌজিরা হিংনবা পুন্সীগী থবক্তা মরী লৈননা য়েংবা মিংয়েং। মহৌশাগী ফজবদি হোংলমদে অত্থুমক ফজরি। মীদি পোকপা শিবা নাই। অহোংবসু লৈ মাওথরকপসু লৈ, করকপসু লৈ ফজরকপসু লৈ থীজিন্নকপসু য়াওদবা নত্তে। মীদি মীশক থেম্নরম্মী।

শিলংদা তৌরিবা মীতিন্না করিগীদমক কনাগীদমক। খুজং খুনজা শেমগৎ শাগৎপগী অনৌবা থৌরম, অনৌবা রাওল খন্ন নৈনবগী মীতিন। লোংপোক ভারতকী লমদমদা

লৈবা রাজ্যশিংগীনি হায়। রাজ্য শুনা মীহুৎ লাক্কে। মরম্না ঈরাং মতমগী ঈরাং। নহারোলগী পেন্দবা খোল্লাও।

খন্নৈ নৈনৈ অন্ত জাতিকগী মীহুং য়াওনা। থু'ফম লৈফম, মীতিনফম মুংঙাই। চাবা হাওই। য়ুমদা নো'মতবু চাবা ফংদবা চিঙ্গাক ওাক্তনি চারিবদো। মসি ঐগী রানি অতৈগীদি খওদে। চারম্বস্তু য়াই। মীশক মান্নদবগুম রাখলস্তু মান্নদে খেন্নৈ। মানা মানা খনবা রাখল ফোঙদোক্নৈ মনীংতম্না। পুবরুবনি লাঈরবদগী লাঈনা কোকহন্দুনা রাত পাদবা খুঙং, রাজ্য ওইবরুবা। চেদদি ফজৈদা রাবেপশিংদো। থবক্তা পাল্লকপা মতমদা কমদোবা। মহয় য়ানবা ওইসন্নুকো নীংজখি।

মথংদা চৎলি বোম্বেগীদমক কলিকাতা এয়ারপোর্টগী এয়ার বস তোংহ্নুা। অপাকপা অরাওবা প্লেন কাখৎপদা কমলাক চোকই। ফমফমদা রাহ্নুা মুংশা শোর মপী ফুইনা হোন্দুনা লৈ। ওহাক লৈরগা শকহেনবী অকেবী খুৎশেমগী অকেবী মচুনা মমায় লৈত্তেবী মুপী নহা অমা চঙলকই ইনাক্তা পীরৈ মিথাই পুখম অমদা হাপ। মুপীশিংদো মানখ্রেদা মেছিনগী লাইফদিবী। ওাইহাক লৈরগা অমুক গাড়ী মচা অমা ইন্দুনা পুরক্লে অহাও অথুম। পীরকপদো ঐওোন্দা য়েংঙি য়ুম্না পাম্মুবনিনা চাথোকলুরে লোইনা খোৎ খোংনা ঐগী চাকথুং। কা হেন্না মচি ওইবা ওাক্তা, মরেক

মহাগুনা ইনান নান, ইথ্‌ুম থ্‌ুম। মমাঙউৈদগা হৈননা চারক্তবা অচাপোৎকা ওইরে হাউগা হাউরম্লে। পুক য়ারে অচাপোৎ ময়ামহুনা। এয়ার বসকী কৈরাক কুমথবদা কয়া য়াখিবা ঐনা। ইকাইহনা কনাদস্মু ফোঙদোকখিদে ঐগী অরাবদো। হাকাম লাগুনা চনথোকখি। কাইনথংদা হাকাম চনবা লোইরবা তুংদা নীংশিংলকখি য়া লাওনা কাথোক্লুনা হাকাম চনবা, থগোকপা চোপনৈ চৎনদে হায়বদো। অতুবু হনজিনবা য়াদবনিনা কনাদস্মু য়েংশিন্নদা উশিন্নদ', অতুম চৎলি।

এয়ারপোর্ট অদো ভারতকী মফম অতৈদা লৈবা এয়ারপোর্টকা মান্নদে। বোম্বেগী অসিনা চাউবা খ্বাইদগী হেনবা মাল্লি। মখল মখলগী তোঙান তোঙানবা মওংগী মচু ময়েক মাংদে মবুক্তা থারিবশিংদো। থায়না অঙাং ওইরিঙৈদা ভুগোন তম্বদা থেংনখিবা মমিং শান্তাক্রুজ মীৎনা উজবা ফংবদা কয়া মুংঙাইজখিবা হাকাম চন্না চন্না।

এয়ারপোর্টগী মন্নুংদগী য়াংমা লাম্থোরক্লে। তেকসী থাফমদা য়োবে। ড্রাইভরশিংনা মিটার পানথৎলু য়াদে নীংঙাই তৌই। লুপা কুন্থ্‌া পীয়ু হায়। ঐগা চৎমিন্নরিবা মরূপনা পুলিস কৌই য়াবেপ্নে। য়ানরবা তুংদা তেকসী তোংখৎলি। গাড়ী থোরবা তুংদা মন্নুংদা ফম্না ফম্না খল্লি বোম্বেসি চাউখরেদা তেকসী ড্রাইভরগী পরার ইতোমতা

ওইরম্নবদি লোন-লিপা খঙদবনে কয়াম ব্বারমগবা। মহাক্না অতুম নমতুনা লুপা কুস্থ্রাদো লৌখিরমগনি। মসিগুম্বসিনা ওইবা তায় বোম্বে য়াম্না চাউখৎলি হায়নরিবসে।

য়াঙনা চেল্লিবা তেকসী মনুংদগী উবা ফংখি বোম্বেগী অঙকপা অমুক্তা উখিদ্রিবা দৃশ্য অমা পুন্সীদা। লম্বীনা পাক্লিবা ফজরিবা নাক য়েংতা বিলাটি মাটিনা হয়বা অচৌবা য়ুম্বী পরেং। য়ুম্বীতুগী মতোন্দা বিলাটি মাটিনা হয়বা লম অনীরোম পাকপা কোয়রপ কোয়বা মপাক মতুদা য়েকলি মচু কয়াগী পুক্লীং হূনা নীংথিরবা পোম্বী-চেক্লা কয়াগী শক্তম। নাকল মমায় অমদনা লৈরাং কয়াগী শকফম, হৈ-লৈ মনা-মশীং, কুরাক মখোয় মখোয়গী ওইজরিবা মচু অতুগা চপ মান্নবা য়েকই মচু শংঙি। লম কোয়বা য়েংবা লাক্লিবশিংগী মমিৎ পেলহল্লি। ময়ামতুবু সরকারনা শেমলিবরা কারবার ব্বালাশিংনা শেন্দোং তাল্লিবরা খঙদে। য়েংবদদি মিৎফফম হোংবা য়াদনা ফজবা ঙাক্তনি।

হুৎ লৈথোকপদা ফজবা ময়ামতুগী মরক্তা হেন্না ফজবা দৃশ্য অমা। প্লাস্টিক্কী চেথী চেকুম্না কুপ্না ফদি শেগায়বনা পুনবা কিবা থাংপোকশঙ পরেং পরেং। মতুদগী থোরকপা মীওইনা করম্বা? চাকথুং ফিথুংদ্রবা, মীওই লাল্লুপ চাদ্রবা, মখোঙ মথুৎ ফৈরেং তুরেং থাংবা, ইরুজদবনা নমথীরবা হকচাং. মোৎলবা

মীওই, ময়াং কংগ্রবা অঙাং, তৌরাগুম্বা মকলাক থেক থেক কোনবা, শক্ক পোল্লাংপুবা, মশম পুমশিন হৌবা। মমিং ঙৌদোং পক্লবা, মিংশাংনা থৈবোং মরু, মখয়াং চাফংপা মহাবলীগী য়োংনাও য়াংগংবা মানবা অঙাং কয়া। ঐনা ইতোমতা খনখি মখোয়সিবু বোম্বে সহরগী চাউখৎলবা প্রজা হায়বত্রা। থাং-পোকশঙ শেগায়রবা পরেংশিংতুগী মনাক্তা চাউরবা য়াংলবা মথোল কয়াগী দলানদগী কাথোক কাশিন কুমথোক কুমশিন তৌরিবা পুকনোয়না কয়া অমা। দলান মথোন অরাংবত্ কাবদা মখোয়-গীদি য়ানীংঙাই কৈস্তু লৈতে। বিজুলিগী শক্তিনা চিংখৎ চিংথ দোলাই চেল্লি জিরি জিরি, জরক জরক গক। মখোঙ অমা অনীদা মথাংঙি কুমথরকপদা কার নীংপাকপী। মকি মরোল শেংলি চারিবশিংতুদি করি অমুক হায়রুনি। জর জর মুগা অনানবী, শামতু তবাবী, লেক লেক, চাবা হাওগদবা মতা মাল্লি। অমগা অমগা হন্না য়েংনদে জিবি জিরি, পাং পাং, হুইস্ ফস্ কারগী কার ঙাক্তা। মুপী পুকথাবী নীংজাওবী লেঙম শাঙমদবী কয়ামস্তু উই। মখোয়শিং অতুনা ঙসাইগী গল্লীগী য়াংগংবা য়াংগংবী ময়ামতুগী শক্ক য়াওনা চারম্বা তায়। মতুনা ওইরমনি মখোয়না কা হেন্না নোয় পেল্লিবদো। মসিনা ওইবা তায় বোম্বে অসি ভাবতকী মনুংদা খ্বাইদগী চাউখৎপা সহরনি হায়নরিসি। ফজে ফজে বোম্বে সহর ফজে।

বোম্বেগী তাজ হোটেল, মেরিন ড্রাইভ, ইণ্ডিয়া গেড, সমুদ্র মপানগী দৃশ্য য়েংনীংঙাইনি। চংপদা মঙম শান্দবী জুরা জুরা। মখোয়গী মমিংতি মুংশা য়েংবা য়াদে। মচুগী আনোক থাবা য়াদে। ঙসাইগী গল্লীগী থাংপোকশঙগী মীওইশিংঙুদি আনোক খোঙউপ দরকার লৈতে। মখোয়দি প্রকৃতিগী চৈফু থাঙবা ঙন্মী শেংপা চাবা ব্রাংপনিনা। মখোয়গীদি প্রকৃতিনা ফিজোল ওইবনিনা লোয়না থাঙবা ঙন্মী।

বোম্বেদগী পুনা য়ৌয়ে। থুংফন্না হোটেল আমির। এয়ার কনদিশন রুম। ভাবানা নোংমদা লুপা ১০০, ১৪৫, ২৪৫ ফাওবগী কা লৈ। সেবা ফজে। কা খুদিংগী টেলিফোন, রুম সার্ভিস ব্রালা খুদোং চাবা পূন্নমক ফংহল্লি ভাবা য়াম্বগী মতীক।

অমুক্তা উখিদ্রিবা কা ওইবনা কয়া ব্রাখিবা। খোঙদো ওটোমেটিকনি হায়বা খঙলুদবনা থোঙ হাংদোকপা য়াদবগী কয়ামা। ঈশিং তোটি কোনজিল মশক খঙদবদগী ওন্ননা নমলুহুনা ফি রোল কয়া চোংখিবা। চাফম খঙদহুনা চরা হেনখিবা। চাফম ওন্ননা চারুবদগী শেল অবেম্বদা তিংখিবা ইকায়হুন, হায়দোক্লমদে। হৌজিক্তা মণিপুব য়ৌরবা কান্দা মায়মদা তমজবিবসিনী।

মথংগী মুমিত্তা ব্রার্কসোপ হেন্না শোংথরবা থুঙ্গং

শেমগৎনবা তৌবা ব্রার্কসোপনি। মীহুৎ কয়া য়াউই, লম্লাই সংস্থান কয়াগী মীহুৎ, সরকার লোইশঙশিংগী মীহুৎ অদুস্ত নত্তনা অথণ্ড অহে কয়ামস্থ য়াওই। অনৌবা মওংগী খন্ন নৈনবনি। লেকচর প্রোগ্রামদি য়াম্না মশীং হুম্বে। ইয়াওবু য়াওদে হায়বা য়াই। লাক্লিবা ময়ামত্থ মাল্লনা য়েনথোক্লনা গ্রূপ অহুম থোক্লা খায়দোকই। বিষয় কয়া পীরগা খন্নহল্লি নৈনহল্লি। মমৈদা পুথোকহল্লি ফোঙদোকহল্লি মথোয়গী ব্রাখল পরীং। করিনা করম্বনা হান্না হৌগনি করম্না থবক্তা পানশিন গনি। থবক্তুদা করম্বা লোইশংনা মরু ওইরিবা কনাগী মতেং চঙগদবা। করম্বা লোইশঙগা খুংশম্লনা চংথমিন্নগদবা অসিনচিংবা কয়া। ঙাইহাক্তা পোংথাহন্দে তক্লনা শীজিন্নৈ। লৈফম ফুংঙাইহনবা, নীংথিনা পীজ পীথক তৌবগী মতীক মুমিং হুমনিদে। তক্লনা শীজিনখি ঐথোয়বু।

লোইশিনগদবা মুমিংকী অয়ুক্তা ঐথোয়বু পুহ্না চংলি নাইগাওঁ খুঙ্গংদা। খুঙ্গং অত্তুদা মোটিভেটাব ওইরিবী সিসেস্ সোলানকীনা পাওথোক্লিবা থবক ময়ামত্থ মথং মথং ওইনা য়েংহল্লি। শেল থুমগী ফীভম ফগংহল্লগা চিঙ্গাক মরাও কায়না পুথোকপা ঙম্নগদ। খুঙ্গ তুগী চাউথৎ লম্বী ওইগনি। অদাংশিং মহৈ মশিং তমহনবা, শেল থোক্লবা থবক শুব. লম্বী থোং শেমগৎ শাগৎপা ঙমগনি মসিনি। লমগং ওইত্নুনা লৈরম্লবা

অমম্বদ শগোল তোংহুনা চৎলগা মোগোলগী লাম্মীগা লাম্থেং-নখি। অসিনচিংবা য়ারী কয়া লী জীব মনুংদা।

মিসেস সোলানকীনা শিবাজী পনখিবহুদা থংনীগু নীংশিংলকখি, মিৎত উরকখি, অঙাং ওইবিভৈদা ঐগী ইতিহাস লাইরিক্কী লামাইদা য়াওখিবা শকুম। থৌনা ফবা শিবাজীনা শগোল খুঙ্গি চেৎনা পায়, তুপী মতোন কুমবী অমা উপ, মখলাংগি কোইনা পূময় মু শগোল খুরূপ থোকদো। শগোল খুরূপ থোকনী শকুমদো।

নাইগাওঁদগী হল্লক্রে। য়ার্কসোপ লোইশিন্নে সম্রাট হোলদা। সম্রাট হোল, হোটেল আমিরগী অচৌবা কা অমনি। সম্রাটতা নত্তে লৈরিবা হোল, হোটেল আমিরগী মনুংদা, লৈত্রবা পোৎ য়াওদে, ফ দবা পোৎ লৈতে। সম্রাট, হামরা, রাজা, মহারানা, সরাব পূমমক ফংঙি, পূমমক লৈ। ইনাক খুনবগী পোৎথাকমনি। করবয়ালাগী লমদনফম্নি। হিপ্পিশিংগীনা কায়দোংফম্নি।

নীংশিংলিবদি শগোলতবুনি শিবাজীবুতনি। অদুবু শগোলদি উরকই শিবাজীদি লৈহৌদে।

---

# সিমলাদা আলু

সিমলা হিমাচলগী কোন্নুং। বরলাটকি কালেন পোংথাফম। কাঙ্গরাগী লৌমী শিনমীশিংগী জগোয়। তাখি অঙাং ওইরিঙৈদা য়েংনীংখি উনীংখি লমদমত্থগী মহৌশাগী ফজবদো। চংপগী খুদোং চাবদি ফংখিদে মতম অত্থদা। চহী নিফুরোম্নগী মমাঙগী য়ানি।

খঙহৌদনা লাকখি টেলিগ্রাম্ম অমা। সিমলাদা আলুগী শিন্দম। মুপী ঙাক্নগী শিন্দম। শেম শারে য়াঙল্লনবা শিন্দমদো। সরকাবগী য়াথং ফংলত্থনা তাং ১০।৫।৮০ ইংগী অয়ুক পূং নিপানগা মথায় তাবদা ইম্ফাল থাদোকই সিমলাগী-দমক। দিল্লী য়ৌরে মথংগী হুমিংতা। দিল্লীদগী কবিনা চংকনি সিমলা য়ৌনবা। য়েংলে, খল্লরে, থিরে। লেপ্পরে বসগাড়ীদা চংলসি হায়না। তোংলে বসগাড়ী দিল্লীগী কাশমীরী গেট্রগী। পূং তরাগনিথোইগী খোঙচংনি বস তোংহনা চংকদৌরিবা। কিরুই অহানবদা ফমচংকি খোঙচং শাংনা য়াগদবদো ফম্বদা। অহুবু অঙকপদি পূং তরানিথোই চুপ্পা ফহদো হাখিদে ফমচংকি খোঙচং। অনীরক্তমক থরা

কুইনা লেপ্লি লম্বীদা। অচা অথক অহাওবা অঙ্গংবা শঙ্গোমগী মহী উন থাকপা, শঙ্গোম অফম্বা, শেল লৌবা য়ানবা শেন্নবা অহাওবা মহী কয়া, উহয় অমুনবা ফজবা অহাওবা কয়া চা চাহুনা চৎলি। মরু থীংবী ঐহাক্না লোয়ননা চৎলিবী মুপীমচা অনীহুনা পুশিল্লকপা অচাপোৎ হাউই চায় হাউনা থকই মহী।

মিংশেল চনবা ইরং লংবা দোকান, লম্বী নাকন নাকন্দা উই বস মথক্তগী। মণিপুরদা তাওনা ফংনবা, অচৌ-অশাং শেনজাও পায়বতনা থক্লবা সোলন লিকলী. মহী অশাবগী লিকলী পরেং পরেং মরোল মরোল খিনবা উই মিংশেল উপুগী মন্নুংদা। হৈ রাগী দোকান্দা আঙ্গুর অমুনবা চরোং চরোং মপৈ মপৈ, হৈতুপ মচু ফজবী খজাই ঙাওবী মতুম মতুম পরেং পরেং য়াল্লি পৈবি। কনানা করম্বা মতমদা চাহুনা লোইগদবা। চীংলক্তুদা দোকানগী দৃশ্য অদো ফজখরেদা। ফজবা হায়বা অসিমক্তু ফজ্জকো।

ঐখোয়গী খোঙচৎতুগী লমজিংবী শানোয়বী পুকখাবী লেপ্পা লৈতে শায়রি লৈবাকহন্নাই প্রোক প্রোক, প্রেক প্রেক, চপ চপ। গাড়ী থাম্বা খুদিংগী খোনাও পনবশিংতু নাম্থখিনবা, য়ুবা অনৌবগী মহী, কোকো কোলা, শঙ্গোম অঙ্গংবা মহী, চুহীং মহী থকই লেপ্পা লৈতা। চনদি চনখ্রে মাই মপুক্তো।

য়োরে সিমলা হিমাচলগী কোন্নুং। থেকনা খোয়না লৈনা

লৈমা কাখৎলি চৎলি। কুমখৈ কাখৎলি কাখৎলি কুমখৈ। অঙগ্বা অথুবা অপাকপা লম্বী মথঙ কয়ানি। অস্মুম্না শাক্না কয়া চৎলবা মতুংদা মৌরে ঐখোয়না তমলক্লিবা শিন্দমশঙ। মী অতুক হাক্না তাদবা চীংদোং অমগী মতোন্দা লৈরম্লে ঐখোয় ময়ামগী থুংকম। অকা অকুম লৈবনা মকম অতুদা চৎথোক চৎশিন্দা অশোনবা মীদি খরা ৱানা উই। মকমতুগী মহৌশাগী ফজবা পূক্নীং হুনিংঙাইনি। ঈংলবা শেংলবা মুংশিংনা য়ৈরক-পদা ৱারবা চোকথরবা হকচাং তেকখৎহল্লি। সহরগী নিল খোংবা, গাড়ীগী মৈখু, গাড়ীগী মখোল তাবা ফংদে মফমদো।

নোংঙাল্লে নৈন-শিন্দম হৌগদৌরে। য়াম্না খঙবা হৈবা মালহল্লি পাঙথোকদৌরিবা থবক্তো। অতুবু মাঙলমচৎতা ঐখোয়না খঙখ্রবা উখ্রবা ঙাক্না ওইবনা করি থোইদোক্কে। খঙনীংবগী ঈথক ইপোম থম্মোয়দা কাহনবা ঙমখিদে। অতুম্বদি ওইরগা য়াওদবদি য়াদবনিনা অতুমক ময়াউই। হৈশিংবী অরাংফম ফমলিবিনা হোৎনজে ঙম্বমখৈ লাক্লিবা মীয়ামগী মপুক ফানবা। থেংলি চেথেং কয়া লম্বীগী উপালদা ফকলাংদা য়ুমায়দা, উখোঙদা। চাই চে কয়া "আলুগী শিন্দম, আলুগী ট্রেইনীং, আলুগী নৈন-শিন্দম"।

অখঙ অহে কয়ামসু লাক্লুনা ৱা ঙাঙলে। তাকপীরে। আলু করম্বা চিঙ্গাকনো, কবিগীদমক আলু থানবনো। করম্না

থোং থাকদবা। মথেল কয়াগী মথেল থোকপা য়াবা। খবরকা উৎতুনা তাকই। থোং থাকুনা শেম শাদুনা পীজে য়েংহল্লি মহাও। আলুগী হলয়া, রসগুল্লা, আলুদোম, আলু কোয়া অথুম্বী, অয়াকপী মথেল কয়ানি। আলুগী মথেল ময়ামদু উরগা ঐভোন্দা থায়না মমাংঙৈদা মরুপ অমনা হায়খিবা য়াহৈ পয়েং অমা থগুমীং নীংশিংলকখি—"আলুগী মথেল চুপীগী লমচং" থাদুনা লোইবা ভম্বপোৎ নত্তে হায়খিবদো। ওজাশিং অদুনা আলুনা শেম্বা শাবা থোংবা থাকপা য়াবা কয়া তম্বী। অথোংবা অশেম্বা মথেল কয়াদু চারকঁই হাউই।

নোংমা অমনা চৎলি আলুগী ইংখোল করমা কোইবা করমা পোংথোক হেনগৎনবা থাগদবা হায়বদু য়েংনবা হিমাচলগী লৌউ শিংউবগী বিভাগনা পাওথোক্লিবা মফম অমদা। মদুদসু আলু থাবগী লীবগী শিন্দম কয়ামা স্লাইদ প্রোজেক্তরদা, ফিল্মদা উৎতুনা য়েংহল্লি। অফিসারশিং অদুনা মচা থায়না তাকপীরকই শিন্দম লৌরিবা ঐখোয় ময়ামদা।

শিন্দম অদু লোইশিনবা নুমিৎতা কুম্মে মচা অমা তৌই। রাজ্য রাজ্যগী মীহুৎ লাকপশিংনা মাগী মাগী লৈজবা কলচর শক তাক্লে। চোংদুনা শাদুনা জগোয়, শকুনা ঈশৈ।

নোংমা অমনা শিন্দম লোইরে হায়দুনা ময়াম্বু কৈথেলদা পুবী। অরাংবা চীংদোন অমগী খ্বাইগী মতোন্দা লৈবা

কৈথেলনি। গাড়ীদি চীংখোঙদা ওন্না থানৈ। অহুগা মখোঙনা কানখি চীংদোলগী কৈথেল। অচৌ অশাং শেপ্পাও পায়বা কয়াস্থ গাড়ীগা গাড়ীগা লাক্লরি কেনা কেনা অরৈ অরৈবা শেং-নচানহুনা।

কৈথেলদো পোংয়োনফম পোংলৈফমদো অরাংবা চীংগী চীংথক্তা লৈবা ওইবনা ঐদি কাবা ওমদহুনা গাড়ী শংহৌগে হায়হুনা গাড়ীদা ফমহুনা লৈগৌরে। মথং মথং কানথরে। অঙম অথৌ ময়াম মাগী মাগী ইমুং মন্নুং পুনহুনা লাক্লরি। ময়ামহু উরগা খল্লি সিমলা সহরসি ইনাক খুনবা ফজবা ভাক্তা লৈবোইরে হায়না। য়েংলি তুমিন্না জীব গাড়ী অহুগী মথক্তা ফমহুনা অচৎ অওক ময়ামদো। বেগ মচা অমফাও পুজবা ওমদে অচৌ অশাংগী ইমুং মন্নুংশিংদো মতুংদা ওর্দলী অমমনা পায়রি বেগ, ইল্লি মতুং। য়ুম্বুবেনশিং অহুনা হুকুম তৌই। ওর্দলীনা জি হাঁ হুজুর হায়হুনা কোয়ইন ইন্নবি। সাক্লিশিংদো মসিগুম্বনা নম্মী। খল্লুবনি সিমলাসি চাউখৎখরেদা লাঈর অনংদি অমতা লৈতবোইরে। স্নুম্না খন্ন খন্ন ফমলিউে হেক য়েংথোকউবদা উরকই হুমুবা মমায় কুরু কারবা অমখক। কোয়লা বোরা অচৌবা অমা পুহুনা কারকপা অঙম্বা চীংহুদা। মাগী মশাদা ফি অথাবা ইন্দে, ফুরিৎ অথাবা লিংতে। চীংথক্তা কৈথেল কাখ্রিবশিংহুগুম। মাগীদি মউন্না মাগী ফিজোলনি

মাগী লৈজবা ফিজোল। মঙোন্দা সিমলাগী অঙৈংবা ফাগদে। মী পুন্নমক্তি নিংথম্বমা মশা তাশিন তাশিন্দুনা লৈনরি। মাগীদি মমায় কুরু কাবত্তুদা চেম্থরি হুমাং মতুন মতুম তারি পোপ পোপ। মহাক ইয়ৌ য়ৌরক্তে। চৎপা লেপ্পদি নত্তে। মখোঙ-দো থাংলিবরা থাংদবরা পাক হায়বা ঙমদে। খরদি লেঙলি হায়বমখৈতনি ঐনা উরিবা। মানা হাইরিবত্থু উবদা ঐহাক হন্নুবত্থু য়েংবা ঙমশিল্লক্তরে। মায় লৈথোক্লে অমরোমদা। খল্লি তাইবংপান অসিদি মী মথল শুনা লৈবোইরে। লম্বী চৎলিবা মীয়ামত্থুনা হন্নুবা অত্থুবুদি হন্না য়েংলমদে। খ্বাই মীয়ামগী মিৎয়েংফমদি মখোয়গী মিৎয়েং থমলিবদি ফজবী মমিৎ মমায় মখোঙ মখুৎ মচু শঙবী, ফজবা ফিরোল শেংচাবী অকেবী কার ফজবদা তোংলকপীশিং অত্থুদনি।

ঙহাক অমুক লৈরগা য়েংথোকলুবদা হন্নুবা অদো চীংদোন য়ৌরক্লমলে। ঐনা ফমলিবত্থুগী মখা ওইরপ্পা লৈবা থোঙ্গাল অচৌবা য়োংচৈ অঙৌবা ফজবনা গেট পানবা অরংবা পিথ্রাই মপাক্লা নপ্পা মমিং চাউনা থাবা শক্ত্রীনা নোংমৈ পায়ত্থুনা ঙাকপা থোঙ্গাল অমদা চঙখি হন্নুবা মাগী কোয়লাত্থু পুত্থনা। সিমলাগী দৃশ্য ফজৈ মচল শুই মথেল শুই। কাউবা য়াদবা ঙাক্তা। কাউঙমদবা ঙাক্তা।

খঙহৌদনা নীংশিংলকখি ঐখোয়গী য়ুম অমনবা তেকত্রিঙৈদা

ফমথক শগাইদা লৈরম্বা অমনবা লেংকোৎ শেগাইবদো। ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদা ইমাদা মসি করিনো হায়না হংবদা ইমানা মপি তৈথোক্লা খুমলকখিবা—নঙগী পাজিনা থায়না ময়াংলৈবাক্তা তোংজৈ মরীল ফাওতুনা লল্লোনবা চৎপদা পুনরম্বা লেংকোৎনি। ইমানা ৱারী লীবিখি চহী ৩৯ চঙলকপদা নোঙ্গাখিবা পাজিগী ৱারী। পাজিনা শীজিন্নরম্বা কাছারদা লল্লোনবা চৎপদা পুরম্বা লেংকোৎ মিৎনা শং শং উরকখি। চীংদগী লশিং, মাইবেল, পানা মনা লেংকোৎ থল্লা হাপ্লগা পুবকপা। লমশাং চৎলকপদা মখোঙ ঈশিং হান্দুনা পোকথোক্তুনা চৎপা য়াদবদগী খুদৈনা মখোঙ য়েংশিল্লগা শন গাড়ী চিংলকপা ডিমাপুব লম্বীদা থা ৩ চংনা চৎপা। কাছার লম্বীদা তোংজৈ-মরীন্দা পোৎলুম পুতুনা চৎলম্বা। ময়ুম ফুঙ্গা লিংনবা মচা থাক্লবগী লানফমদা পাজিনা ৱাখিবা হন্নুবা অসিগুম চৎলমগনিকো তোংজৈ মরীনগী অঙম্বা চীংলম্বীদা। শোর মপী শাংনা শাংনা হোল্লি। মিৎলুদম্বু তরং লাইজ ঈহৌরি। লমদম তাম্না লৈহৌরবী ইমা হন্নুবী মচাশিংগীদমক্তা মপুন্সী কেম্নক্লবী অতুবুম্বু নীংশিংলকখি মিৎকুপতুদা। সিমলাগী কৈথেল কাখিবা মরূপশিংবু ঙাইরি ফমতুনা জীব গাড়ী মথক্তা হোৎথ্রবা পুন্সী ৱারী কয়াবু নীংশিং নীংশিং।

পূং অনী অছুমলোম লৈরবা তুংদা ঐখোয়গী মরূপ

ময়ামদো হন্নরক্লে। চেখাও ফজ ফজবা অমমম অনীনি পায়নরত্না নোক্লা খেনা হরাওনা। হল্লকপদা গাড়ী মন্নুংদা য়েংনরি মখোয়না লৈরকপা পোৎশিং অদো চিংথোক চিংথোকতুনা। সিদি মমল হেনজিনখ্রে, সিনা মমল চপ চায়, সিমদি হোঙডি অসিনচিংবা। সিমলাগী কৈথেল কান্নরগা লোইরে মুমিৎতুমগী থোদাং। হয়েংদি অয়ুক পূং ৬২ দা দিল্লীগী যাত্রা তৌগনি লাউথোকই চাকচাকমদা শানোইবী লমজীংবিনা।

মুমিৎতুগী অহীং তূমলমদাইদা ফমুং চঙলবা মতুংদা উরকখি শং শং হন্নুবা মমায় কুরু কারবা, কমলাক শীংলি থোক্লবা শোল্লবা হন্নুবা অতুনা পোৎলুম পুত্না চীং কারকপা। হুমাং মতুম মতুম শিম্বত্না য়াইফ থোঙ্গালদা চঙখিবদো।

---

# লিংজেন খাবী কন্যা কুমারী

য়োরে কন্যা কুমারী। থুংঙি মাদ্রাজগী মীথুংশঙদা সমুদ্র মপান্দা শাবা মীথুংশঙনি দলাননি। থুংবা মতম্না ন্নুমিদাংব্রাইরম। ব্রাবনে অমদি পোংথানীংবনে তুমনীংবগী চাংনা হেনখিবনে ন্নুমিংতুমা তূমতুনা পোংথাবে। ঐখোয়না মফম অতুদা লৈগদৌবিবা ন্নুমিং হুমনিনি। হুমনি শুবগী ন্নুমিংয়ুংবা মতুং পূং১ ঽ দদি ঐখোয় মফম অদো থাদোক্কদৌবি-বনি। ন্নুমিং অনী মখাইতুদা য়েংবা য়াবা মখৈ য়েংলসি। মতম ফংলবদি কেরেলাগী সি-বিচ য়েংসি হায়নৈ।

নোং ঙাল্লে। য়াহৌরকপদা ঐগা লোয়ননা লাকপা ঐগী মরূপনা মানা লৈবা কাগী থোঙজিন ময়াদা খোঙগ্রাঙদি শেংলগা ফুরিংনচিংবদি লৌথোক্লগা মশা অপূম্বা মথা মথা পোম হাক্কচবা হোংতুনা লৈরম্বতু থেংনরুই। মানা হায় – ব্রামন্দুনা ফজনা তূম পোংথাগে খনবনি। অতুবু অহীং অতুমা তূম্বা য়াখিদে হাকচবা হোংতুনা লেল্লে। নোং ঙানখিবা খঙহৌদে। মিংকী ককলা অমতা তূমদে।

ঐস্মু ব্রাতু তাবদা খর ঙকলপ তৌ, মাগী ফমুংদা করি

লৈরবনো হায় য়েংগে চঙই। অঙকপনি ফম্মুংহু তিল্লাইখোম্বী মকোল শারম্মে, কাংখোলদা মানা শৌ শাহুনা লৈরম্মে। মরূপতুগী মশাহু তিল্লাইখোম্বী চুবনি, মানা চীকপনি, মসিনা তাক্লি নীংথিনা শেন্নবিদ্রবা. শেম্বীদ্রবা মীথুংশঙদি অম্ম্না তৌই ফুরা দলান ওইনা শেল য়াম্না চঙনা শারবস্থু।

ঐখোয় ঈরু মায়থজরে.। ফিশেং শেংলে। কন্যা কুমারী খুরুম্বা চংলে। ঐখোয়গী লমজীং মরূপনা পুহুনা। মহাক লমদমহ্গী মীনি। কন্যা কুমারীগী লাইশঙগী অকোয়বহু কৈথেল মচা অমাগুম্মী। দোকান ফম্লিবশিংদো মখল মখাগী পোৎ য়োল্লি ; মথেল শুই। দোকান পরেং কয়ানি। লিক, নায়ানবী, খুজী, ধুপ থাউমৈ থান্নবা মখোঙ, কলম খিন্নবা স্টেন্দ, মীফম কা লৈতেংনবা পোৎ, খজীং মকু, ব্লাইখু মকু, অসিনচিংবা কয়া য়োল্লি। অয়াম্বনা থরোই মকুগী ঙা মকুগী পোৎ ঙাক্তা ওইনা তৌই। কন্যা কুমারী খুরুমলুরগা হন্দো-রকপা মীওইশিংনা মমল হুন্নরি, পুনরি খাও থন্না লৈরকপা পোৎতু।

ঐখোয়স্থু কন্যা কুমারী খুরুম্বা চঙলে। কৎকদবা পোৎ মশীং শুনা য়াওরবা য়ুবী তংখায় অনী, লৈ পরেং অমা, লৈ অচোইবা খর, ধুপ, অথুম অহাও খরা। হাপ্পনবা পাত্রনা কোনা মনা, য়ুবী মনা, অমদি উনা ইনানা তাশিন্দুনা শাবা

অকনবা কোম্পাক মানবা থুমোক মচা। অয়োনবশিং অতুনা মথক্তা পনজখ্রিবা পোৎলমতু শুনা হাপ্পগা থুমোক মচাশিং অতু য়োল্লি অককুবা মমল অমদা। মমল অতু থাদরমগা লাই খুরুম্বা লাক্লিবা যাত্রিকশিং অতুনা থ,মোক মচাশিংতু অমমম পায়তুনা পরেং পরেং চঙই তাংকক নাইনা। ঐখোয়স্মু চঙই পরেং মরক্তুদা য়াওতুনা।

অঙকপা অমনা মুপা মখৈদি শেৎলক চারকপা মফি হায়বদি খোংগ্রাওবু শেৎলক্লবস্মু ফৈজোমবু শেৎলক্লবস্মু ঙম্না হোংদোক হল্লি। হোংদোক্লবা ফি হায়বদি ফৈজোম মখোয়না পী। খুরুম্বা চঙবা মতমদা ফুরিৎ লিৎহন্দে। হোংদোকইবা ফি অতুগী মমলনা শিকি অমনি। ফি হোংদোক হোংজিন তৌনবা কা মরী লৈ। মুপা অমমম্না কাশিং অতু পুই। মুপীদি শেৎলক চারকপা অমতা হোংদবা য়াই। মুপীদদি অথিংবা অমতা থমদে লৈতে।

কন্যা কুমারীগী লাইমাঙ য়োরে ঘী-থাউ অচাকপগী মনম, করপুব চাচন্দন, মুংশিবা লৈগী লৈনম নম্মী। মুংশিব। মনম মরক্তুদা উরকই ঐখোয়না খুরুম্বা লাক্লিবা কন্যা কুমারী মাঙদা লেপলীবতু। তনিক তনিক লংনা ঙাল্লিবা মাগী নাসিকা। মোমোন নোকপা মাগী মায়থোঙনা মহাকপু খুরুম্বা লাক্লিবা ঐখোয়বু তরাম্না ওকপগুম তৌরি। অতুবু মোমোন নোক্লিবা

মায়খোঙ অত্থদা নীংঙমদবা অমদি মীনা খজিক লাকচখিবগী মমি মচা অমা হাইফেৎ শেংফাৎতনা মমি সামি তাবগুম উখি। খোঞ্জেল থোক্লদি কনাদস্থ হংখিদে।

ঐখোয়গী লমজীংবা অতুনা কন্যা কুমারী অমস্থং মাগী মন্দির অত্থগী মরমদা তাকই। নোংপোক থংবা সমুদ্রগী মায়কৈরোমদা হায়বদি বঙ্গপসাগর ওন্না ফাৎলিবা থোঙজাও অদো চহী অমগী মন্নুংদা থা ৬/৬ লৈরগা হাংঙি। চহী অমদা অনীরকথক্তা হাংঙি। অতৈ মতমদদি স্থপহাং হাংদে। ঐনা করিগী হাংদ্রিবনো হায়না হংবদা মানা খুন্মী—কন্যা কুমারীগী য়াল্লিবা নাসিকা অসি মহী ময়াই য়ান্না কনবা হীরা মণি মুক্তানি। বঙ্গবসাগর ওল্লিবা থোঙজাও হাংলবদি মুনিংকী মঙান্না নাসিকা অসিদা য়ৈগনি। য়ৈবা মতমদা মঙাল অমা থোরকনি। থোরক্লিবা মঙাল অতুনা হীরোইশিংগী মিংতা য়ৈরুরবদি মখোয়গী মমিং অহু তাংঙি। মরম অতুনা থোঙ অদো তোয়না হাংদবনি।

কন্যা কুমারী খুরুস্বা লোইরে। হন্দোরক্লে। মথংদা চংলি রোক মেমোরিএল য়েংবা। রোক মেমোরিএল চীংতুম অমগী মথক্তা শাবা লাইশঙনি, ফুরানি। চীংতুম অদো ঈশিংনা ইকোয় কোয়শিল্লি। চীংতুম অহু য়োনবা চংপদা জহাজ মচা অমা তোংঙি। জহাজ অহু কাবগা কুম্বগদা পূংখায়মুক চংঙি।

মী য়াম্বনিনা। য়োঁবদদি মিনিট অমা অনীতা মচঙই। টিকেট ককই মমিংত ওইনা। নোং ফুং ঙানবদগী মুমিং অমা তাবা ফাওবা জহাজ মচা অতুনা যাত্রীক হোন্দোক হোনজিন তৌই।

রোক য়োরে। চীংথক কাখৎলে। চঙলে রোক্কী অহানবা শঙ। শঙ অতু মুংনা শাবনি পাক্কানি। শঙ অতুগী মমুংদা মিংশেলনা ইকোয় কোয়না খাজিনবা মফম অমা লৈ। মমুংদা চীংশা ওইনা তৌবা তোংতকপা নূংজাও নূংপাক ওই তৌবা অমস্থ লৈ। নুং অতুগী নোংচুপ থংবা মায়কৈদা খোঙ্গুল মচা অমা তাতুনা লৈবা উই। ঐখোয়গী লমজীংবা মুপা অতুনা হায়—য়েংঙু! উরবরা? আদগী খোঙ্গুল অসে। মসে ইমা কন্যা কুমারীগী খোঙ্গুলনি। মসিগী মুংশিরবা ৱারী অমা লৈ।

মানা মখা তাথরক্রিভৈদা খঙনীংমন্দুনা ঐনা হংঙি—ইমা কন্যা কুমারীনা করম্না নূংপাক অসিদা নেৎলুতুনা খোঙ্গুল অসি তাহল্লিবনে'?

লমজীংবতুনা মখা তাবা ৱারী লীথরকই। নোংচুপ হারম পাংবদগী লাকপা লাইমু ফত্তবা ময়াস্থু ঙাকথোক্লিবা ভারত ইনাগী মপারি অথোইবা ইমাবু তেক্কা কায়দনবা মিকুপ নাহুম কুপ্না শেন্নরিবা পাঙ্গল মথোনা লৈবা লাইনিংথৌ অমা লৈ। লাইনিংথৌ অসিগা কন্যা কুমারীগা মুংশিনৈ। লৌনসি

লৈনসি হায়না ব্রাশক্লখি অনী। ব্রাশক্লখিবা অমদি ব্রারেপ্পখিবা মতুং ইন্না লুহোংবদা চঙগদবা অথুম অহাও ময়াম কন্যা কুমারীনা লাওত্নুনা থেন্দুনা থম্লে। লাকউ অমদি লাকনি হায়নবা পুংফম অতু য়ৌদ্রিফাও কন্যা কুমারী ঙাইতুনা লৈখি। হায়নখিবা মতমদা লাক্রে। মতম হেন্দোকখ্রফাও লাকখিবা য়াই মহাক লাকখিনি হায়তুনা ঙাইখি। লাকপা মরৈখিদরে লাকখিদরে। নীংবা কায়রবা কন্যা কুমারী ময়ামগী মমাঙদস্থু ইকায়বা নংলে। নীংজবা থুংদ্রবী কন্যা কুমারী মবুংঙোগীদমক লাওজবা অথুম অহাও পূম্নমক্তু অরেম্বদা তারবদা মালেমথক্তা চাইখাইখি। চাইখাইখিবা অথুম অহাও ময়ামতুনা কন্যা কুমারীগী সমুদ্র খোঙবালদা লৈরিবা অরংবা লৈঙোই ময়ামদো ওনখিবনি অস্থুম্না। নীংবা কায়রবী কন্যা কুমারী মপুন্সী চুপ্পা লুহোংলরোই হায়না ব্রাশকখি। ব্রাশক ঙাক্লা ঙসি ফাওবা কন্যা কুমারী হায়না লৈরিবনি। ব্রাশক চেৎপী কন্যা কুমারীনি মাবু লাৎতনা কনাবু লাৎকনি। ঙাম্নোইতুনা লৈসন্থু।

অসোমদনা কমদৌরি ? লাইনিংথৌ খঙদবা নত্তে মরীন খাবী কন্যা কুমারীবু। হায়নখিবা খিক্তুং শোয়রবদি মাবু চঙহল্লোই। মতু কিবনা ঙস্তা লাক ঙাইতুনা লৈ, চঙগদবা পুংজা অতু য়ৌরকপা। মানা ঙাইরিবা মফমদি রোক মেমো-রিএল শারিবা চীংতুম অসিদনি। অস্থুম ঙাইরম্বদগী ব্রারতুনা

তুমথোকপ্র মাল্লে তুমখুন হুন। মিকপ থোক্রে। মিকপ থোক্তনা হায়নখিবা পুংকম অদো শোয়খিবনি।

নোংঙাল্লমদাই কাও লাক্লবা অতুদা কন্যা কুমারী মখোঙনা থোংনা ল্যাক্লে চীংতুম তম। লাইনিংথৌনা লৈরিবা মফম। নীংঙাইদনা তুমখুন হুন্দুনা লাইনিংথৌনা লৈরম্মহু উবদা কন্যা কুমারী অশাউ ওমথৈ লৈখিদে। শাউমনখিতুনা—থাঙ্গেশেংনা পুকচেল অনী লোওদনা নীংজবমক্তা ওইরবদি মহাক্না হৌগৎলগা য়েংজসনু ঐ মফমসিদা মাবু থিবা লাকলম্মী হায়রবা খঙননবা থুদম অমথক্তুংদি থনমগে হায়তুনা মুংপাক অতুদা নেংতুনা কন্যা কুমারীগী খোঙ্গুল থনম্বনি। খোঙ্গুল অসে কন্যা কুমারীগী অশেংবা খোঙ্গুলনি। নীংশিং থুদম ওইনা ওসি ফাওবা ভেকতা ক্লায়দনা চ্যেকশিন্না শেম্মতুনা থমলিবা অসিনী হায়না লমজীংবনা ঐখোয়দা তাকখি।

লমজীংবনা মথংদা পুই ঐখোয়বু চাউরবা শঙলেন অমা তম। শঙলেন অতুগী মমুং চঙলে। লৈরম্মী মূর্ত্তি অমা। কনাগী? রাম কৃষ্ণ পরম হংসগী মূর্ত্তি। খোঙ্‌্রাই চন্দুনা ফম্বা। হেক উবমক্তদা মাল্লি হিংলিবা রাম কৃষ্ণ পরম হংসনা ফম্মতুনা লৈবা। নীংলিবতু ওইরমত্রে অয়েকপা লাই খিন্দুনা থম্বা ওইরম্রে। বোম্বেগী অফাওবা লাইয়েকপা অমনা য়েকপানি হায়। মথং মথং লমজীংবগী তুং ইন চৎলি। শ্লেংতি থেৎলিবা

লাই ইরিবা য়াহয়। য়েংঙু য়েংঙুবদা মিংথম ত্রোংবা য়াদবা ঙাকনি। লোইশিল্লকপদা উরকই শ্রীমা সারদাগী মূর্ত্তি। রাম কৃষ্ণ পরমহংসনা ফম্লিবনা ওইদনি। য়েংতনা শ্রীমা সারদা। অনীগী লাই অদো থেংতে থিন্দুনা থম্মী য়েংকা ওইগা। লাপনৈ, মরক্তা অতৈ কয়া অমা লৈরি। চিদাইদনি ফজ্লাং ময়াগী চাউরবা শঙলেন অদুগী। অদুননি হেক চঙলকপা মতমদা থেংলিবা শ্রীমা সারদাগী মূর্ত্তি উত্রিবদো। অনীমক লাইয়েকপা অমতনা ওইরম্বা য়াই। চপ মান্নে ফজবা নীংথিবা। অনীমক মমায় নোংপোক ওল্লি। য়েংবদা য়া ঙাংলকদগুম তৌই। উবদা তু চুংঙি। লাই নীংবা মাল্লি অনীদুনা কম্লিদু।

অদুদগী চঙলে ঐখোয় শঙলেন অদুগী কাজাও অমদা। মক্ষমদো কা অদো থর মমতক তৌই। চঙফমগী থোঙজিন্দা থাই মেডিটেশন রুম ( Meditation Room )। পুন্নীং, রাখল, চঙলা লাই নীংফম্লি। অদুগী স্বামী বিবেকানন্দগী লাই নীংফম্লি হায় কা অদো। মাগী শক্তম অমস্থ থেংলি কাতুগী ফকলাংদা। ওহাক্তং ঐখোয় ২০/৩০ মুক্ত তুনিল্লা মিং উইশিন্দুনা ফমহল্লি। রাথল থলহল্লি। লাই নীংহল্লি। মিনিট ৫ মুক উন রাইমুক চীকথি য়া ঙাংহন্দবা অদুদা।

মথংদা চংলি রোক অদুগী অকোয়বদা লৈরিবা লাইরিক মচা মচা য়োল্লিবা দোকান মচাশিং থংনা। পা পাদুনা

য়েংলগা অপাম্বা খন্দুনা লৈনৈ। মথং মথং য়েংতুনা লাকপনা ঙায়োকফম য়োরে। য়েংবা লাক্লিবা ময়ামতুনা অচাপোৎ থাদতুনা পীজরি ঙাশিংতুদা। য়েংনরি ঙামচাশিংতুনা লাক্লবদো।

মথংদা চৎলি রোক্কী নোংপোক পাংবদা। করম্না কনানা রোক মেমোরিএল অতু শাখ্রিবনা হায়বদো তাকপা অচৌবা মপাক অমা খিন্দুনা লৈ। মপাক অদো বিলাটি মাটিনা হয়বনি। মপাক অদো য়াম্না পাক চাউই। ইতুনা লৈরিবা অতুনা তাক্লি ভারতকী রাজ্যশিংনা প্রজা মীয়ামদগী খায়রগা শাখিবনি। মাগী মাগী রাজ্যশিংগী শেনথাংশিংতু ফজনা ইতুনা লৈরি। মথং মথং পাথরকপদা রাজ্যশিং অতুগী মরক্তা মণিপুর য়াওরম্বতু থেংনবদ কয়া হরাউই কয়া নুংঙাই শেম্থাং য়ামদ্রবম্নু।

বোক য়েংবা লোইরতুনা হল্লক্লে। য়েংগদবা করি ব্রাংলি-বগে হায়না খন্নবদা কেরালাগী সি-বিটচ, কেরেলাগী থায়নগী কোন্নুং। মথংগী নুমিৎতুমা মতুগীদমক কাইথোক্লে। হল্লক্ল-গা নুমিদাংব্রাইরম্না নুনিৎ তাখিবা থা থোরকপা য়েংলসি লেপ্পরে। ঙসিগী নুমিদাংব্রাইরম কৈথেন কাসি হায়তুনা ঙাংনরে। ঐখোয়না লৈগদৌরিবা নুমিৎ নিনীগী নুমিদাংব্রাইরম অমম্নুং অয়ুক খুদিংগী চীংখোঙদা চৎ চৎতুনা নুমিৎ, থা থোরক-পা অমম্নুং তারকপা য়েংসিম্নু হায়নরে।

নুমিদাংব্রাইরমনি। চৎলে ঐখোয় ময়াম কন্যা কুমারীগী

চীংমৈ চীংখোঙ তম। মুমিং তারক্কদোরে। ময়াম পুম্নমক খোরাংনা য়েংনরি মিং কুপ্পনা। কোরৌহনবা অঙানবা ঙাংশং ঙাং, পাথ্রোক পাক, খজিক খজিক লুপথখ্রি লাইজ ঈরোল-মুংদা। মতমতুদা কোরৌহনবনা ফজবদো ফজে। কোরৌহনবনা ঈরোলমুংদা পুলুপ লুপখ্রবদা নোংপোক হারম পাংবদা লিখৎলকই থাজনা ঈমায়থক্তা। কোরৌহনবনা ময়ুম মরানয়াই চঙথিবা য়েংহৌগে হায়বা মতানি থাজগী মায়থোঙদো। ফজবা অনীমক উরবদা মুংঙাইবা ৱারী শানা শানা ঐখোয়গী লৈফমদা অমুক হল্লক্লে।

মথংগী মুমিংনি। ব্রেক-ফাস্ট লোইরে। কেরেলাগী থায়নগী কোন্নুং অমনবা, সী-বিটচ য়েংবা চংকদবগী শেম শাবা লোইরে। কন্যা কুমারীদগী কিঃ মিঃ ৬০ মুক লাপ্পা মফমদা কেরেলাগী য়েংগদৌরিবা কোন্নুংদো লৈ হায়রে। কিঃ মিঃ ৬০ হায়রিবসে ফারমগদরা হেল্লমগদরা খঙদে। ইয়ৌ য়ৌদে হায়নরিবা মফমতু। গাড়ীগী ড্রাইভরগা, লমজীংবা অতুগা মান্নতুনা পুরিব্রা মতুস্থু খঙদে। ওইনীংবা অমা ওইজরসনু চংলে থুংলে মফমতুদা। টিকেট লৌরে, হুকুম লৌরে, কোন্নুং অমনবতু মন্নুং চঙতুনা য়েংনবা।

মন্নুং চঙতুনা মথং মথং য়েংঙি। থায়না মমাংঙৈগী মতমদা নিংথৌ পাল্লম্নবস্থু চাউখৎপদি হাইফেং চাউখৎলম্বা ওইরে

খনখি কোন্নুং অদু উরুবদা। থকসি খাসি ঙাক্লা চৎপা মওং মাল্লি। থোঙাকপগী শঙ মায়কৈ মরিদা শাত্নুনা লৈ। চঙফম থোঙজাও ফাৎলিবদু ঙাকপনা মী অনীনি। ঐখোয়না পায়রিবা পার্মিত ( হুকুম চে ) অদু উৎত্রবদি মন্নুং চঙহন্দে। নিংথৌ পাল্লিঔদনা হুকুম অদো হেন্না কল্লমগনি। রাজ লোইশঙগী মওং ফজে। নিংথৌগী ফমফম, অঙম অথৌগী অমদি ফম্নাইব-শিংগী, প্রজাগী থাত্নুনা থমলিবা ফমফম মওং তাই। মহারাণীগী ফমফম্না খরা থাপতক্লা অরাংবা দলান অমগী মথক্তা থাই। নিংথৌ মচা ইবুংঙো ইবেম্মশিং অতুগীস্নু অতুমঙাই। ফজে রাজমহল অদু।

কোন্নুং অমনবা মন্নুংত্নুদা লৈরিবা কা ময়ামত্নু শুনা য়েংলে। ফম্মুং কা, পোৎথাকম কা, মীকম কা ফিশেৎফম কা, কেফম কা অসিনচিংবা কা তোঙান তোঙানবা কা লৈ মশীং শুনা। ফম্মুং কাদি য়াম্মী। মী অমগী কা ৩/৪ শুই। কাংথোলস্নু মওং মওংগীনি ১/১গা মান্নদে কা থুদিংগী।

কোন্নুংত্নুদা লৈরিবা কাশিংতু য়েংবা লোইশিল্লক্লে। ইকোন কোনবদা কোন্নুং মন্নুং অতুগী ইরাং রাংবা দলান মথোল অমগী কা অমদা পুশিল্লি ঐখোয়বু। কা অদু শিবগী দণ্ডি ফংলবা মীওইগী মীহাৎফম কানি হায়। য়োৎ ঙাক্তনা শাবা, মী মওং মানবা অমা য়ান্দুনালৈ। হাৎকদৌরিবা মী অদু

য়োৎকী পোল্লাং অতুদা চঙহল্লগা চপখায়তুনা হাৎপনি হায়। মতুমদি য়েংবদা অকিবা পোকই। উবদা তু চুংঙি য়েংবা লোইরতুনা মপাল থোরকলে।

মপান্দদি কমদৌরি? কোন্নুং অতু চেকপলনা থুংনা কোয়শিল্লি। থোঙজাওদি ঐখোয়না অহানবা চঙলকপা অতুতনি ফাৎলিবা। থোঙাকপা অনানা ঙাকলি। মথংদস্তু চেকপল অমা লৈ। মতুদনা থোঙ অনী ফাৎলি য়েং ওই। ওইথংবা থোঙদা চঙলগা য়েৎথংবা থোঙদা থোকপনি। মতুগীস্তু থোঙশঙবা লৈ। শেম্বা শাবিদবগী খুদম য়েংবদা অতুম উই। ঈশিং চাইবী লৈবম্বগী মফম, লৈম-নিংথৌগী মজাইবুংঙো ইবেম্মশিংগী মফম চানা চানা ফমফম থাতুনা থমলম্বগী খুদম লৈরি। লৈকোল অতুনা মপাল ফরিবঁ, লৈরাং খুদিংনা লৈশাৎ তমলিবঁ কয়াগী মতীক ফজরমগবা লৈকোলদো।

কোন্নুং মন্নুং য়েংবা লোইশিল্লক্লবদা ঐনা লমজীংবতুদা হংঙি - কোন্নুং মন্নুংগী ফুরা দলান ময়ামসি সিমেন্টনা শাবরা? মচু মুবৈনরিবসিনা করিগানো?

লমজীংবনা খুম্নকখি কোন্নুং অসি ব্রিটিশনা ভারত লৌশিন্দ্রিবঁদা লোইনম ওইদ্রিবঁদা, অমদি মীথা পোম্রিবঁদা মনীং মখা তম্না নিংথৌশিংনা পানজরিবঁ মতমদা শাখিবা কোন্নুংনি। য়াম্না কুইরবনি মতম অতুদা সিমেন্ট

ফংলমদে। মৈত্তালনা য়াম্না কুপনা চাকহৌগ। য়াম্নতুনা শুরগা অমদি লৈবাক অসিদা ফংদবা ভারতকী মনুংদদি ফংবা পোৎলম অমগা য়াম্নরগা মতম চগুনা শেম্বা পোৎশক অমনা শাখিবনি হায়নৈ। কায়রকপা মফম অমা ঐখোয়বু য়েংহল্লি। মানা হায় হৌজিক ফংবা সিমেণ্টনা অকায়বত্ত্ মেন্নবা হোৎনৈ। অত্তুবু হান্নগী অত্তুদা নপ্পু য়াদে তোগান্না তাত্নুনা লৈ। কোন্নুং অসি শাবদা য়ামদ্রবদা চহী ১০০ রোম শর হেন্না চগুলম্বা য়াই হায়।

কোন্নুং অমনবত্তু উরুবদগী ঐনা খনখি কোন্নুং গুাক্লিবা শেল্লিবা শগুলিবা মখোয় অত্তুগুম্বা কয়ানা পোৎথাদনা নোমত্তুনা শাবা ওইরমগনি কোন্নুংত্তু। হুমিৎ কয়া, থা কয়া, কুমজা কয়া চগুনা শীনমী লীশীং চা কয়ানা শাবা ওইরমগনি। লৈমা নিংথৌ, মজা ইবুংগো ইবেম্মশিংগী লৈফম, পোৎথাফম, শীনমী-শিংগীনা হুমাংমন।

কোন্নুং য়েংবা লোইরত্তুনা সি-বিটচ য়েংবা চৎলে। মফম অত্তুদগী কিঃ মিঃ ২০ মুক্তুং চৎলগা লৈবনি সি-বিটচ অত্তু। রাফম অত্ত্ ঐখোয়গী লমজীংবনা হায়বনি। ইয়ৌ য়োদবা অত্তুদা কিঃ মিঃ ২০ দগী লাপ্পা হেল্লমগদ্রা খল্লি। য়োরে সি-বিটচ। অমুক্তা পোকপদগী উদ্রিবা গুাকনি নুমিৎতুদা উরিবত্তু। মত্তুদা লৈরম্বা মীগুইশিংত্তু কুচু শুই। অগুাংবা, অগৌবা, নাপু,

ম্রাওথাংনবা, অমুবা। অমুবদি কয়া য়ামদে। নোংচুপলোমগী অঙোবা মীনা খর হেনবগুম তৌই মশীংদো। মক্কি শেংলিবরা শেংতবরা হায়বত্থু মফম মরাং খঙদে। মকোক মশম হৌবরা হৌদবরা হায়বস্থু তাংদাংবা খঙবা ঙমদে। ইমান মান্নে। মখোয় ময়ামত্থু ইরোইরি, ইরূপলি হরাওরি চোংলি ফল্লি। মরক্তা অঙাং মচাশিংস্থু য়াওরি মমা মপাগুম চোংলি। ঐখোয়গীদা হায়গা য়াওশঙগী কুমহৈগুম্বনি। নুপা নুপী পুম্নমক মমিৎ আনোক অমুবা লোইনা হাপ্পি। ছাটিন অপাকপা অরাংবা মরক মরক্তা খান্দুনা ফম্মী, চাংরি থকলি। খরনা ইরোইরি, খরনা লৈঙোইদা ফমলি খর অমনা পিকনিক্কুম লাকপস্থু য়াওরি। মতৌ অমনি। ইরোইবা লোইত্থনা চংখিবস্থু য়াউই। মপোং মঁচৈ য়োমত্থনা খরনা থুংলবতা মঙাইরি। হনখিবা, লাকপা লেপ্পা লৈতে। বিটচ অদো মীনা পুমঙৌ ঙৌ লেঙ লেঙ চংলি। অরাপ্পদগী য়েংলবদি মাল্লি ককচেংনা মরুম পুবগুম চেনবগুম মকোন কায়বদা। মত্থদা তিনবা মীশিংত্থু চাউরাক্লা লীশীং ১/২ দি ওইগনি। মওং অমনি মতৌ অমনি অঙকপনি। লাঙ্গৈরবা লৈতে ভারত্তা।

ঐখোয়স্থু চাকলেন চাবা মতম য়ৌরবনিনা অনকপা হোটেল অমদা চঙলে। দোশা অমমমগা ইদলি ৪/৪ গা

চায়ে। কফি থকলে। চাবা থকপা লোইরতুনা কন্যা কুমারীগীদমক অমুক হল্লকলে।

কন্যাকুমারীদগী খোঙ শানগদবা মুমিংনি। অয়ুক ওয়া হৌগৎতুনা চীংমৈ চীংখোঙ তম্না চৎলে। মুমিংনা লাইজ ঈমারথক্তগী থোরকপা য়েংবা চৎলিবনি। অরোইবা ওইনা কন্যা কুমারীগী মহৌশাগী ফজবা য়েংবা। উরে কোরৌহনবনা য়েংনরিবা ভাইনরিবা ময়াম্মু য়েংবা থোরকপচু। কয়াগী মতীক ফজবা। করম্বা রাহয়না শীংথাগনি? লৈতে রাহয় লৈতে।

পুন্নমক হন্নরক্লে। ইমা কন্যা কুমারীনা লেপতুনা য়েং-ছৌবগুম উরকখি। নিংস্না থম্বাল অনীদি পিরাংনা পূমথল থল, পূমথুম থুম মচা কায়নবদা, মচা চৎখিবদা মমানা তৌবগুম।

ঐনসু হায়রম্বগুম তৌই খোঞ্জেল থোক্লদি নত্তে। — পলেম ইমা ইবেম্মা! লিংজেল খাবী পলেম! নঙদি নপাম্বি নমোম কয়াবু ভাক শেন্দুনা সাগর অহুমগী তিন্নফমদা ভারত ইমাগী ওমথৈ ভাতুনা লোইবী চীংমৈ চীংখোঙসিদা লেপতুনা লৈহৌখোকো সাগর অহুমগী লাইজনা নথুয়া থম্বাল শেং। চহী কুমজা কয়া চুপনা লৈখিগনি, লৈহৌগনি লিংজেল খাবী কন্যা কুমারী।

---

## থম্মোইগী কোম্লুংনা চেরা

মতম কুইনা নীংজরকপা আশা ওসিদি থুংবা তারমাক্লে খন য়াহৌবগা অয়ুক্কী থবক লোইশিন্নবা নোনজেল চেল্লি। ঐনা থুংলিবা ইমুং অত্তুগী মী অহুম, ঐগী মরূপ অমস্তুং ঐ। চৎকদৌরিবা মী মঙা শুরে। মঙাগী খোঙকমদি কয়া পাঙদে ফত্তে হায়নরক্লে। ঐগী মরূপ থুংলিবা ইমুং অত্তুগী মবুংনা হায়রকই—নখোয় মরীদি সুপীনি। সুপাদি ইতোমতনি চৎকদৌরিবা। ঐখোয় সুপা অনীদি শুবনা ফবা ঙাৎনি। মরূপকী মনাও সুপীনা থুনা থুম্নকই — অত্তুদি দাদা নঙগী মরূপ অমা হৌরোদনা। মচন সুপীনা হায়বা অত্তু মবুংস্তু য়ারে। ময়ামস্তু য়ারে। মবুং অত্তুনা গাড়ী থৌগদৌরিবনি। গাড়ীনা কারনি থায়নগী কার। চাকাগী রিমত্তু স্পোক পানবনি। কার মথল অমনি। কারদুদা চৎকদৌরিবা ঐখোয় তক্লক তোংথৎলে চৎলে।

নীংজরকপা আশা থুংলে খনবদা ঐ কয়াম হরাউই, পূক্লীং মকা কয়াম লামই। হায়কম খঙদে। পাংনুংদা মুংঙাই। থেক্লা খোয়না চীংয়া মপ্না লৈরিবা লম্বী অঙম্বা অত্তু অমুক কা অমুক কুম তৌদুনা লাকপনি গাড়ী তোংলিবা ঐখোয় পূম্নমক

ব্বানরে। ওহাক পোংথাবা ওইনা চা মুং খর থকসি হায়রতুনা চীংদোং মচা অমগী মনাক্তা খোং অমগী মপান্দা তিংথৌ মথক্তা ফম্নি লাকমিন্নবা ঐখোয় ময়াম। হৈ শিংবী অরাংফম ফম্বা হৈবী মরূপকী মনাও মুপীনা চা শেম্মী অচাপোং য়াওরকপত্নু ময়ামদা য়েল্লি।

চা থকনা থকনা চীক্লা ঈংনা ঙাম্খোইরিবী পূকচেল তপ্পবী ঈংলবী চেরা পুঞ্জিগী মরমদা খল্লি। লোইবী চীংথকমক ওইরবস্নু চেরা আসামগী রাজধানী শিলংগুম্বী নত্তে। লাউ খোংবা তাদে মীনিন কন্দে। মহৌশানা মীচিক মীরাওখোনবু থাপনা তাম্থোকখিবগুম তৌই। খ্বাইগী মহৌশাগী ফজবা য়েংনফম শিলংনি। ঐগী থরায়না তাজরুবা, পূক্লীংনা পামজ-রুবা, ব্বাখলনা খনজনীংলুবদি শিলং ওইরমদত্নুনা চেবা ওইরম্লে।

করিগীদমক চেরাপুঞ্জিবু ঐহাক্কী থম্মোয়না অম্নুক মুংশি-রুরিবা ?

ঈশিং চাইবী খুদিংগী ঈশিং তাফমদা পারুবা নুংজাও কয়া লৈ। নুংজাওশিং অত্নুদা লাঈজ ঈশিংনা য়ৈবদা মশীং লাকঙমদ্রবা ঈরিক্লা নোংমদোন তম্না পাইখৎ লৈচিলগা তেমশীংনরুগে মতানি। কোরৌ মছেক্লা য়ৈবদা ঈশিং ঈরীক মরক্তা মচু কয়াগী চুমথাংনা পিকলপ পিকলপ কুফেং কাফেং তৌ কেকু লোংপী শান্নরি। নেমথখ্রিবা চীংমায়দা খুন মচা

মচা তাখ্রি। অন্নাংবা চীংদোনদগী ন্নেংথরকপদা মীওইবগী লৈননবা মুন্থু খুন্নুবোনগুম উরি। য়েংখি য়েংখিবা মায়কৈদা কনাগী মিংকম হোংবা য়াখিদে। কম্নলিবত্বুগী মাঙলোমদা খন্না থাপতক্লা ন্নেংথোকখিবদা শিলেটকী তম্পাক্লা মহৌশাবু কৌথোক্লা পুখিবগুম তৌই। মত্বুগী মতুং ইন্না ঐখোয়গী মিংয়েংস্নু তামখ্রি। খন্না কুইনা মহৌশাগী তুং ইল্লুরবদি ব্লাখল মাওশিল্লকই, শুন্দা তাউবা কওগুম, মালংবনা হুমত্বুনা পুবা কোইপাই পাইবা তেন্না মফোলগুম, পুক্লীং হকচাং তয়াং তশোইরকই। মুন্না য়েংশিল্লুববদি মহৌশাগী থুংশেম মক্তনা তৌবা ওস্বা কনানা শেমলস্বা ওইরবোই হায়নস্নু নীংলুই।

চা থক্লবা তুংদা ঐখোয় খাইদোক্লরে অহুম থোক্লা। মানা মানা পাম্বা মায়কৈ খন্দুনা চংনখ্রে।

ঐখোয়স্নু চংলে ঐখোয়না পাম্বা চংনীংবা মায়কৈ খন্দুনা। খন্না চংলগা জুন্নাই জুন্নাই লাউবা মখোল অমা তারকই। তারিবা মখোল অত্বুগী মনাক তান্না চওশিল্লে ঐখোয়। উন্নে তুরেল মচা অমথক। তুরেল মচা অত্বুগী ঈচেল লেপ্পা লৈতনা মথা পাংনা চেস্থখ্রি। তুবেলগী নাকল অনীদগী উপথরকপা উগী মশা মরেংনা। তুবেল মচা অত্বু মরক মরক্তা হেক হেক লোৎশিন্দুনা থম্বগুমস্নু তৌরি। পীক্লবা তুরেল মচা অত্বুগী ঈশিংগী ঈচেলবু থিংগে হায়বা মতাগুম চাউরবা নুংজাও কয়ানা

ঈরারদা থিরুনা লৈরি। পীরবহ্ন লেন্তবা ঈচেলদি কনাদহ্ন থিংবা ওইথোক্তে। কৈরবা নুংঙাও কাওবহ্ন হৎলুনা লেহৃক্ত্রি। মলিমা পাউতাক অমা পীরিগ্রি মহৌশা লাইয়েরবীনা — পূক্চেলদা লেপ্লু, তাইবংদা ওনদবা থবক লৈতবনি। মহৌশা লাইরেরবীদা কন্নি পাউথুম পীনীংঙাই লৈরি। মুংশা মপী ফুইনা হোনবা নত্তনা।

তুরেলদী ফজবা য়েংবা লোইয়ত্তুনা কাথর্লকই ভোর্ববান ওন। কাথর্লকপা মতমদা ত্তারকই থাপত্তকদা উমুংদগী উচেক মচা অমনা থোইথুম্নবা থোঙ্খাংনা থোংবা। উচেকুপী থোঙ্খাংদো কয়াগী মতীক নুংশিবা অত্তুবু ফমত্তুনা নত্রগা লেপ্পুনা তাবা ফংলক্কে মতমদি কনাবুম্ব ওাইবীদবনিনা।

ঐথোয় চৎমিন্নরিবা কাওবু অত্তুমক ওসাইগী চা থককম অত্তুদা অমুক পুল্লরে। মানা মানা উরকপশিংত্ত্ব তমরি অমগা অমগা। লোকলি, তুংওাইনরি। মাগী মাগী হৈনবী রাথল কোওদোক্লরি। হৈনবী রাঙাংদা হায়নরক্লি — পূরীংনা পাম্বা লমদমগী হন্না মুংশিংনা হকচাংদা চুনবা হেল্লি। য়েংনীংবা লমদমগী দৃশ্যনা পুরীং হুবা হেল্লি। মরূপ অমনা চানীংবা ইনশাংনা হাউই হাউত্রনে ?

ময়াম্না—হাউই হাউই হায়না চপ মান্ননা থুন্নকই। মরক থৎনা অমনা হায়রকই — মানা মানা পাম্বা মায়কৈদা থাজিন্দুনা পূরীংনা পাম্বা উশা থল্লগা কায়দোংহনত্তুনা পুন্সী মহয় য়ালহনবদি

থুরাই অসিগী য়াইফনসি। য়াইফবা ওইরোইজনে? নয়াগা হনমুকনু—ওইসি ওইসি থুরকই।

মকখ অমু থনমলে। য়ারী শাগা শানা লাকপনা নীংথি-জনবা উমং অদো লাম্হোরক্রে। চেয়াপুম্বিগী গুরুং য়ৌরে। অয়াংবা চীংথক কাওনা মোংলোং শমহনা লাকপনি। য়াই পুম্নমক য়াম্মরে ওয়া চোকথনরে। মপা মমা শোর্নবা কাওবুমি চিংথা তনম পাইনয়বনি। য়াই হায়দুনা পম্বদি য়াদে। গুরুং চওহনা য়েংগদবগী থৌরাং লোইরে।

গুরুং চওমনবা মৈনম উতোং চুথংলে। চঙনরে নয়ামদো থিজি পায়না পায়না মথং মথং য়ামহনা। পীকপ্রবা চীংহুম মচা অমুগী মহুংদা অমুক কজরবা গুরুং নৌয়মগনি হায়রিবা কনানা থাজরগনি? নুংত্তৌ তাক্তগী নীংথিরবা কজরবা শক্তম নয়ামদু উবদা কনাগী পুক্নীং শুমহংলোই। পুম্নমক মওংতম থোকথরে। য়েংলু য়েংলুবা থুদিং মিংথম হোংবা য়াথিদে। য়েংদা য়েংশিন্নরগা য়াখল মাওথনু য়াওরকই। অহানবদা গুরুংগী চওকম অমু হেক উথমকদা থগি—থ্বাইনা চেয়াগী গুরুং হায়রি-বসিদি কৈদমু নত্তেনা লমছই মথুম্নি অস্তুন্না। অহুবু মতুং চওনবা কাম্দনি য়াবল মুম্নমক অদো মহৌশা ম্মৌবী লাইরেম্বীমা থাগা তাম্হোকপ্রে। নয়াম পুম্নমক চংমিন্নরিবশিংদো য়াগী মচাং অমতা তাংনখিত্রে। পুক্নীং থিংজিন্না য়েংনাম্নি কজবহু

কনা অমনা তোপ তোপ্পা খোঞ্জেলদা শৈরেং থীবগুম থীরক্লি। চৎপদি লেপ্পা লৈত্রি। রাই হায়রুনা পোৎথাকম লৈবা নত্তে। অসুম চওশিল্লকপনা শুরুংদু ময়ায় য়োশিল্লক্লে হায়রুনা মরূপকী মবুংনা ঐখোয়দা তাকলকই। মানা হায় "মফম অসিদা মৈনমসি মুথৎলগা কয়া য়াম্না মম্বগে হায়বদু অমুক্তং য়েংশিদনা" ময়ামসু য়েংসিনে হায়রুনা য়ানরে। মৈনমসু ইবুং অতুনা পায়। মৈনম মুথৎলে। মুথৎলবা তুংদদি রাখলনা লাম্বা ফংত্রবা মওদফাও উখিত্রিবা অমমম্বা অমা উরে। খোঙ খুৎ হকচাং কায়াংশিং কদায়দা লৈরিবা হায়রবা ফাওবা খণ্ডখিদ্রে।

অতুদগীদি মৈনমদু অমুক হন্না চুথৎলরুনা মথং মথং চওশিল্লে। অওকপা ওস্থোক ওস্থোকপা মওংগী শক্তম কয়া মহৌশা লাইরেম্বীনা শেমলম শারম্বা কয়া থেংনৈ। তাংবল মওং মানবা মফম অমসু লৈ। শামুগী শাগং শাদা মানবা কয়া অমসু পরেং শানা লৈখ্রি। অওকপনি মহৌশা লাইরেম্বীগী খুৎশেম। শুরুং লৈরিবা চীং অতুগী মথক্তা হায়বদি চীংথক্তা য়েংলবদি কনানসু মফম অতুদা শুরুং লৈ হায়রবসি থাজরোই। অসুম্না লেপ্পা লৈতনা চওশিল্লকপনা শুরুং খমলক্লে শুরুংগী লম লোইশিল্লকদোরে। তাইবংপানবগী মণ্ডাল খরা খরা ফাওরক্লে। শুরুংগী থোকফমদা কোরৌহনবগী তারমদাই মচেক্লা য়েরক্লে। ওাঙ্রানবা মায়থোংনা মোমোন নোক্তুনা শংবাম্নবা উনালক্তা,

মুনা মুনা য়েংবা ঐখোয়বু ওকপগুম খনখরে। কয়াগী মতীক ফজবা অম্মুক নীংথিজবা লমদম মালেমদা অনী গুরমগনি খল্লুব্রে।

কোরৌহনবদি কনাবুম্মু ঙাইবিরমদবনিনা মুনিং তাশিল্‌-লকদৌরে। ময়ামম্মু গুরুংত্বু হন্না হন্না য়েংলম লৈহৌরে গুরুং। থনমলে গুরুং মতোমতা অচৌকপা চীং মচা অত্থদা। চীংত্থম মচাত্থদা। চীংন্নুংহুং অত্থদা। হন্দকী মপোক্তা লাকপা ওমদ্রবম্মু অমুক হন্না। মপোক লাঙোন অমদা শোয়দনা লাকেকো চাহ্নবী নঙগী নশাইগোনসিদা হায়রম্মী খোঙ্গেলদি থোক্তনা।

অম্মুম লাকপনা তুরেল মচা অমগী তোর্বান্দা থুংলে। তুরেল অত্থ চীংয়া অমদা ঙা থেংত্থনা চেপ্লি মখোল থোক্লা চেপ্লম্বদগী খোঙ্গেল অদো তুরেলগী খোঙ্গেলদো খঙলেপ লেপথি চীংমুংহুং অমদা চেনসিনখি। তুরেল মচা অত্থগী মমিং খোঙ্হোক্তবী তুরেল কৌই হায়। মনিং অত্থ তাবদগী তুরেল অত্থ উবদগী অম্মুম্না খনখি—খোঙ্হোক্তবী তুরেলনা হুরাঙনা নোক খেত্থনা অম্মুম চেম্বরম্বদগী খঙহৌদনা খোঙ্গেল খংলেপ লেপ্লগা চীমুংহুং অমদা চেনশিনখিবনি। খোঙ্হোক্তবী তুরেলগী লোইফম তাফম কনানম্মু খঙদে। চীংমুং কয়া ফাওত্থনা অন্নাবা কয়া খাঙলকপা করি লমদমদা থোরক্তুনা করম্বা লোক্রা তাখিবা মত্থম্মু কনামতা খঙদে। পুন্দীদা নীংজবা আশা

থুংখিদবা মওংগুম কনাদস্থু পুক্লীংগী রা ফোংদোক্লম্বা তৌদনা চেনশিনখিবনি চীংমুংহুৎ অতুদা।

তুরেনগী তোর্ব্বান মায়কৈ অনীমক্তা, চীংয়াদা তময়াদা মথল কয়াগী লৈরাং শাৎলি। লমলক্কী লৈরাংগাক্তা। মালং-বনা ছুম্বদা হাইনা ছুম্না খাংজরি লৈপালশিংদো। চীংতুম মচা কয়ানা তুমিন তুমিন, তুম্বক তুম্বক খিন্দুনা ওইরি মরূপ খোম্থোক্তবী তুরেলগী। মথল কয়াগী চীংউনা তুমিন্না লেপলি। উহৈশিংনা পামেল উপালবু লৈতেংলি, মরু লুকহল্লি। মরক অসিদা অচীকপা খিবিকপু থুগাইরক্লি খোঞ্জেল নেমলবী পোম্বী চেক্লাশিংনা। তাইবং মীওইবগী মীরাওখোল মীনিল করিগুম্বী অমতা তাবা ফংদে। লমলক্কী শা উচেকশিংগী খোঞ্জেল নত্তনা। লমদমদো, মফমদো, চীংলৈবাক অদো খোম্থোক্তবী তুরেলমক্তা চেনগদবা লমদমনি। উরীগী জাৎতা পোক্লবী উরীরৈনা খাইনা মৈচাক খাওবা ওমজরোই মতানি নক্লবা পামেল শেগাদা চাম্ন-চিম্না য়েংচরি। অওইবমক্লি চেরা লাই-রেম্বী চীকখ্রেদা, ঈংখ্রেদা নওগী নসাইগোনসে।

কাউওমদে খোম্থোক্তবী তুবেল নওবু মুংশিবী! নীংজবা মহয় য়ানখিদবী শকহেনবী শানৌ কনাগী শাইওন্নো নওবো চান্নবী? ঈশৈ শক শক্তুনা হরাও তয়াম্না নোক খেতুনা লাক্লম্বদগী খঙলেপ লেপখিবদি নথংলেন মানজ কায়নখিবন্না

শকহেনবী ? হায়য়ুনে খোইনৌ নঙবু চান্নরোই ! খোম্থোক্তবী তুরেল নঙদি ঐগী ব্রাহংগী পাউথুম কৈদৌনোংদা পীরকলোই খঙডি ঐস্থু। খঙনা খঙনা হংবনি খুম্নক্লরোই খঙনা হংবনি।

ঐনা নঙবু অস্থুম্না লৌই। শাউগম্নুকো চান্নবী। নথংলেম্না মথৌদাং য়েংবা শুক্লংদা চঙখিবনি। মহাক্ল নঙোন্দা হল্লক্লরোইস্থু হায়রমদে ঙাইরমখোস্থু হায়রমদে। শানৌনা মানজা হল্লকখিগনি ঙাইতুনা নৈহৌই লেপতুনা তুমিন। কোহনবস্থু শানৌগী অৱাবা য়েংবিরমদনা মপুগী থৌদা কায়ফদে হায়তুনা নোংচুপ হারম পাংখি। ইম্নুং তৈনা মনশিল্লক্লবদা করম্না শানৌ নদোম চীংয়াগী উন্নুংদা চীক্লবা লমদমদা নথংলেন ঙাইগনি ? কৌজরম্মী মতম থরা শানৌগী মেঙলবা খোম্থাংদো তারি হৌজিকস্থু শুক্লং মপাদা। নথংলেম্না তামল্লক্ত্রবা অতুদা শানৌগী খোম্থাং লেপখি। মথম্নতা লেপচখি। শানৌগী মিৎস্না থম্বাল অনৌদগী শিম্থরকপা তরংগী লাঈজনা চীংম্নুং হুৎতুনা তুমিন্না খোঞ্জেল থোক্তনা নথংলেন থিবা চৎখিবনি। থাঙ্গৈশেংবনি খোম্থোক্তবী তুরেল নঙবু উবদা ঐনা অস্থুম্না খল্লি।

চেরা পূকচেল তপ্পী, মহৌশা লাইরেম্বী নঙবু করম্বা নোংদম্বনা মফম অসিদা থনম্বনো ? নঙগী নশাইগোনসে ওম্থোক্লা পামজক্লই ঐহাক্লা। পাম্মুইদকো নহাকসে, কল্লকইদকো নঙসে। খ্বাইগী মহৌশাগী ফজবা য়েংনফম শিলং। থায়নগী

অসামগী কোন্নুং শিলং। হৌজিক্কীনা মেঘালয়গী কোন্নুং।
ঐগী থরায়না তাজরুবনা চেরা। ঐগী থম্মোয়গী কোন্নুংনা
চেরা।

# পাণ্ডপকী ইন্দ্রপ্রস্থ

ভারতকী চাংদম্নীংঙাই লৈতনা ফজরবা মফম অমদা যমুনা তুরেল্গী নোংচুপ থংবা তোর্ব্বান্দা লেপ্লুনা লৈরি মহাভারতকী থায়নগী ভারতবর্ষগী কোন্নুং ইন্দ্রপ্রস্থ। পুন্যভূমী ভারতকী ময়ায়মক্তনি কোন্নুং অসিনা লৈরিবা। অঙকপা ফংনা নীংথিজৈ লমদম লমলেনঅসে। অতুবু রাহং অমদি হংননীংঙাই ওইরি। করিগী মৌর্য্য নিংথৌরেলশিংনা অমদি গুপ্ত নিংথৌরেলশিংনা মফম অসিদা মথোয়গী কোন্নুং শেমলমদ্রিবনো। থন্নীংঙাই ওইবা রাফম ওইনা লৈরি হৌজিকস্থু।

মতম অমদনা ইন্দ্রপ্রস্থ হৌজিকনা দিল্লী সহর। ভারতকী কোন্নুং দিল্লী। মফম অসি নিংথৌরেল কয়ানা ফম্বাল লাংলম্বা মফম্নি। মসিবু থোইদোক হেন্দোক্না ফাওহল্লম্বদি নিংথৌরেল শাহজহাননি। হৌজিক্তি দিল্লী অসি খ্বাইদগী চীংলেম্না ফজবা শীংথাবা য়াবা সহর অমা ওইরে। মপূংফাবা চহীচা অমতা ফাওবা সহরসিনা চীক্লা ঈংনা লৈজবা পানজবা ফংলমদে। সহর অসিগী মরমদা মমাংঙৈগী রারী কয়ামক্লম অমস্থু লৈরি। চীক্লা ঈংনা লেনজবা ফংদবগী লেংঙ্গ্রবা পান্দমদি ইতিহাসনা ওইরি। পাল্লম পাল্লম্বা নিংথৌশিংনা মাগী তোঙান

তোঙানবা কোন্নুং অমমম শানরম্মী হায়বসিমস্তু হৌজিক দিল্লী সহরদা লৈরিবা অতেক অকায় ফুরা দলানময়ামসিনা তাক্লি। মসি নিংথৌশিং অহনা ঈংনা শা লান তৌনদনা পান্দুনা লৈনীং-বনা মরম ওইরমগনি হায়না থাজনৈ।

থায়নগী ৱারী লাইরিক্তা হায়রমলিবত্তু ঐখোয়না থাজনা অচুম্বনি হায়না লৌরবদি দিল্লী অসি য়াম্না লিরবা, মতম কুইনা লৈরক্লবা লৈবাক অমা শোয়দনা ওইফম থোকই। পাণ্ডবকী কোন্নুং ওইরম্বা ইন্দ্রপ্রস্থ হায়বা মফমতু হৌজিকস্তু দিল্লীদা লৈরি। মহাভারত্তা বর্ননা তৌরিবা ইন্দ্রপ্রস্ত কোন্নুংগী জাক জমক ময়ামদু ঐখোয়না হৌজিক্কী দিল্লীদা য়াম্না মান্নবা থোইনা খেন্নবা লৈতনা উবা ফংলি। পৃথ্বিরাজ চৌহানগী মতমদস্তু দিল্লী ফজবগীদমক চাউথোকচরম্মী। মোগল নিংথৌরেলশিংগী মতমদা চাংদমনীংঙাই লৈতনা ফজরম্বা দিল্লীগী মগুণবু মীরৈবাক মচাশিংনা থাগৎনরি, শৈশরুরি, শৈথানরি।

মতম অমদা মতীক মঙাল চাউরম্বগী ৱারীদি নীংখায়রবা মস্থরবা ফুরা দলান ময়াম্না মীপুম খুদিংদা লীবিরি। অহুগা হৌজিকস্তু দিল্লী সহর মপুংয়ায়মক্তদা লেপ্তুনা লৈরিবা লাল-কিল্লা, জমামসজিদ, কুটুবমিনার, হুমায়নগী মোংকমদা শারম্বা তুম্ব। টৌগলোগকী লানবন। নিংথৌরেল আশোক্কা য়ুংলম্বা য়োৎকি য়ুম্বী। ময়াম্‌সিনা মখোয়বু শেম্বীরম্বা মবুংঙোশিংনা

মগুকরম্বা মগুগী নীংশিং থুদম ওইরি। মতম অতুগী সংস্কৃতিবু সভ্যতাবু উংলি।

মোগোল নিংথৌরেলশিংনা পাল্লিগুদা শেমলম্বা লৈরাং লৈথল শুনা শাৎলবা মোগোল লৈকোল, লিরি হুম্বা নামিবনা ওয়থোইনা শায়জবা, তানজা ফংলগা লৈরাংগী লৈনম হুতুনা চেনজবা পূম্মমক অতুগী ফজবতু উবা ফংদ্রবসু অনৌবা ফজবা থরনদি য়েংলবা মীগী থম্মোয় হূবদি মতোক্ত্রি। মীয়ামগী পূক্লীং শুমহৎপদি লেপ্পা মরৈত্রি। হৌজিকসু নয়াদিল্লী লৈকোল-না লৈতেংলবা সহর ওইরি। অসুক্কী মতীক ঈংখ্রে, লূখ্রে, হাওখ্রে, ফজখ্রে, নীংথিখ্রে। পৃথিবীগী ফজবা সহরশিংগী মরক্তা মহাকসু অমা ওইতুনা লৈরি। পরেং পরেং ওইনা চাং নাইনা লেংতুনা লৈরিবা সরকারগী কর্ম্মচারীশিংগী ময়ুম য়েংবদা মিং পেনল্লীংঙাইগী মশক্লি। মরক মরক্তা অশংবা মনা পূংবা য়েংবদা মুংঙাইবা উপালনা লৈতেংলি।

ভারতনা মনীং মথা তমদ্রিঙ্গেগী মমাঙদদি দিল্লী অসি পুন্সী মতোল লোমশিল্লরুবা, হৈনীংবা পোক্ত্রবা, মাও তেল্লরুবা তুং শাংহৌরবা পুন্সী পনথুং তাল্লিবা, মতম ঙাইরিবা অহল অমগুম তুমিন্না ফমতুনা লৈরম্মী। পুরানা দিল্লীদা কারবারগী মফম ওইখিবনা মীরৈবৈসাক্কী অনৌবা মায়থোঙ অমতা নয়া-দিল্লীদা উবা ফংলমদে। করিগুম্বা চৎলুরবসু খোমলেন

তুমখুন তাল্লিবী শকহেনবী নিংথৌমচানুপীগী কাদা খোঙদাবগা চপ মান্নে অমহানি। ভারতনা নীং খা তম্লবা মতুংদদি দিল্লীস্থু অনৌবা মপোক অমা কংজরে হায়না লৌবা য়ারে। আম্মা কয়া বলিদান তৌখ্রবা তুংদা ভারতনা স্বরাজ ফংলকপনি। আম্মাশিং অতুগী অনৌবা মপোক্কা দিল্লীস্থু অনৌবা ঈথক মথক্তা তাউখৎ-লক্লে।

হৌজিক্কি দিল্লী মপাঙ্গল চাউজরে। মী মখল খুদিংমক্কী পূক্লীংবু চিংশিনবা ঙম্বগী পাঙ্গলস্থু লৈজরে। খুদিংমক্তা সহায় উপায় তৌবিবস্থু ঙমলে। কালাকারশিংগী ফিদা থাবিরে, বৈজ্ঞানিকশিংগী ফমফম শেম্বীরে। রাৎত পাদবা মহাক্কী ওইজরে লক্ষ্মী দেবীগী ভণ্ডারী লোইশঙগা চপ মান্নখরে। তীর্থযাত্রীকশিংগীনা তীর্থস্থাননি। ইতিহাসকী ছাত্রশিংগী রাক্তনা মচাক হুনবিরী, নৈনহল্লি লেপতুনা লৈরিবা ফুরা দলান ময়াম, নূংপাক, য়ুম্বী, কোরী কোমপাক্কা। ফজরবা অমদি নীংথিরবা শুমহৎনবগী মশক ওইরবা পোৎশক কয়ানা পূক্লীং ঈরাং হৌগল্লবা পানগল্লবা কয়াগী থম্মোয়গী পোৎথাফম পীবিরি। য়েংজনীংবা, য়েংগল্লবা মিৎপু পেলহনবিরী। অচৌ অশাং মন্ত্রীশিংগী, প্রধান মন্ত্রীশিংগী, রাস্ত্রপতিশিংগী, মীরৈবাক্কী রাজ-দূতশিংগী মীয়ামগী সভানা কারবার রালাদস্থু মতীক চানা শেন্দোং পীবিরী।

দিল্লী অসি নোংমা নোংমগী অস্থুম অস্থুম শনদোরক্লি। পাকথোরক্লি নোংপোক-নোংচুপ, খা-ব্লাং মায়কৈ মরীমক্তা।

মীশীংস্থু য়াম্বা হান্নদগী শরূক অনী অহুম হেনগৎলক্লি। অনৌ অনৌবা তমফমশঙ কয়া লিংখৎলক্লি। সহর অসিগী হান্না লৈজরম্বা হৌজিক লৈরিবা মফম পূন্নমক চপ মান্নবা শেমগৎলি ফজনবা। য়েংবদা কয়া মুংঙাইতবা খিবিকপু শীদোক্লগা অমদি লৌথোক্লগা অনৌবা কয়ামস্থু ফজনবা শেম-গৎলি শাগৎলি। অতোং-অকুৎ, লৈকু-লৈরাই কয়া তেমথোক্তুনা লৈতেম মান্নরবা শংবান্নরবা লমপাক কয়া শেমলি। মহৌশাগী নাপী থাজুনা লমপাক ফজহল্লি, খুৎশেমগী নাপীস্থু থারি।

দিল্লীগী মন্নুংদা খ্বাইদগী ফজববা শীংথানবা য়াবা অমস্থুং কাউঙমদবা অমদি তোঙান তোঙানবা জাতিগী ধর্ম্ম অমদি লোনচৎকী মী কয়ানা মফম অসিদা পুন্না লৈমিন্নজুনা য়ান্না চান্নবা মরূপ ওইনবিবসিনী। মসিমদি মফম অতৈগী মীনা কল্লকনীংঙাইনি থায়নগী মীরমগী অচৌ অশাং অফিসারশিংনা চাউথোকপা মী উশিংতবগী মওং মতৌ হৌজিক্কী দিল্লীদা ঐথোয়না উবা ফংব্রে মপু মনাইগী রাখল মাঙখ্রে। অচৌ অপীক্কী খেন্নবা লৈত্রে। পূন্নমক্কী অধিকার মান্নখ্রে। ভারতকী সনা কোন্নুং দিল্লী স্বর্গগী মশক ওইখরে।

সনা লুপাতনা ফুদোংলবা অমদি হীরা মণি মুক্তা ঙাক্তনা

থাম্নবা পঞ্চপাণ্ডপকী সনাকোম্নুং ইন্দ্রপ্রস্থগা ভারতকী হৌজিক্কী কোম্নুং ওইরিবা দিল্লীগা ফজবা করম্বনা হেল্লমগদগে !



# অইবীগী ফোঙলবা অমসুং ফোঙগদৌরিবা লাইরিকশিং



## প্রেসতা লৈরিবশিংনা